# সংস্কৃতগী রস-অলঙ্কার

# "সাহিত্যদা রস-অলঙ্কার"



য়েংখোম ধনঞ্জয় সিংহ

লাইবিক্কী মিং ·

"সাহিত্য দা বস-অলঙ্কাব"

অইবা ১দি হন্দোকচবা

যেংখোম ধনঞ্জয় সিংহ

লাইথগোল লৈকাই, কক্‌চিং

অফোংবা

সাহিত্য সেবা সমিতি, কক্‌চিং

শক

১৮/৪/২০১০

কোপী মশীঙ

৫০০ (চামঙা)

মমল

৮০/- (মবিফু)

ফংফম - য়াম্লেম মনি সাহিত্য ভবন অমদি অইবগী যুম।

নম্ফম ঃ- ওমেস ওফসেট প্রিন্টব, কক্‌চিং বাজাব।

# লাইরিকসিগী মরমদা

আচার্যশিংগী মত মতুংইন্না 'বস' না সাহিত্যগী আত্মা অমদি থৱায়নি অদুগা অলঙ্কাবনা হকচাং অমদি ফিজেৎ - লৈতেংনি লৌনৈ। শকউদবা আত্মা অমদি থৱায়গী মবমদা তাংদাঙবা অবেপ্পা ৱা থম্না অদুগা লেপ্তুনা ওল্লি - হোংলিবা হকচাং অমদি ফিজেৎ - লৈতেংগী মবমদা লেঙদ ৱা হাযবা অবাইবা নত্তে। অদুমওইনা অখঙ - অহৈ ম্কোলাবশিংনা লেপ্তুনা নৈনবকপগী মহৈনা মীযাম্না যানববা সাহিত্যিক কাঙলোন কযা পুথোক্তুনা থম্বিবি। অসিগুম্বা মক ওইববা সাহিত্যিক সিদ্ধান্তশিং অসি মণিপুবী কবি, অইবা অমদি সাহিত্যকাবশিংগী মফমদা থমজনিঙদুনা হিন্দীগী নৈনবোল লাইবিকশিংদগী হন্দোকচৈ খবনা ইশানা ইদুনা পুথোকচনবা হোৎনজবনি। মক্ক ওইনা সাহিত্যদা 'বস' হাযবসি কবিনো- ? থম্মোযদা বস সঞ্চাব তৌবকপা অমদি তৌহন্নবা হোৎনবদা বিভাব, অনুভাব অমদি সঞ্চাবী ভাবশিংগী তাঙাইফদবা মবমশিং থমজবগা লোয়ননা সাহিত্যগী লৈতেং ওইবিবা মক্কওইবা অলঙ্কাবশিং থমজবনি । লোযননা সাহিত্যগী গুণ - বীতিশিংগী মবমদসু শম্না থমজনবা হোৎনজৈ।

লাইবিক অসি হাথু হাথু পুথোকখিবনা খঙনা অমদি খঙদনা শোযখি - লানখিবা পূম্নমক ঙাক্কপিনবা পাঠকশিংদা ইকোক নোঞ্জবি।

লাইবিকসি ছাপ্পা তৌবিবিবা ওমেস প্রেসকী মেনেজব ইনাও নাওবেম তোমচৌ সিংহ অমদি স্টাফশিংবুসু অথুবা মতমদা লাইবিকসি পুথোকপিবগীদমক হন্না হন্না থাগচৈ।

লাইবিক অসি অবোইবা প্রিন্ট তৌদ্রিঙৈদা পাবিখিবা খা মণিপুব কোলেজগী ইকাই খুম্নজবিবা লেক্চবব ওজা নাওবেম ইবোচৌবনা সজেসন কয়া তৌবিবকখিবগীদমক তৌবিমন খঙবা উৎচবি। লোযননা সাহিত্য সেবা সমিতি, কক্চিংগী ইকাইখুম্নজবিবা সেক্রে টবী পি বাজেন্দ্রনা লাইবিকসিগী মবমদা মমল যাম্লবা ৱাবোল খবা থম্বিবকপগীদমক্তসু থাগৎচবি।

পুথোকচবিবা লাইবিক মচা অসিনা মনিপুবী কবি, সাহিত্যকাব অমদি সাহিত্য প্রেমীশিংদা মতেং খবদং পীববদি হোৎনজমল মহৈ যাল্লে লৌজগনি।

অবোইবদা লাইবিক অসি সাহিত্য সেবা সমিতি, কক্চিংনা ফোঙদোকপিবগীদমক সমিতিগী মফমদা তৌবিমল খঙবগা লোয়ননা ঙমখৈ লৈতনা থাগচ্চবি।

মেংখোম ধনঞ্জয় সিংহ

নুপীগী তোপ তোপ্পা লৈতেংশিং লৈ। ভাবোক্কি মীৎযেং চিংশিনবা ঙম্মী। ঙাওহনবা ঙম্মী। শৈবেংদি নুপীগুম্বনি। জগোইগী তোপ তোপ্পা শাথেকশিং, খোঙথাংশিং, তানশিং লৈজে। জগোইনা অর্থ ফোঙদোকই, মবোল লোল্লি শৈবেংশিং অসি জগোইগুম্বনি।

শৈবেংদদি চৎন-পথাপকি অফা-অপুন লৈ। অদুবু অফা অপুন্দগী নাম্বোকপা পাম্বা কবি য়াম্না লৈ। চাবলেম বান্দিলায়ব, ওস্কাব ব্রাইল্ড বোবার্ট নচিংবা শৈবেংগী অবোইবা লংদাইদা চঙশিল্লকুগা অফা অপুন্দগী মনীং তম্নীংলকুবা ***Prose Poem*** (ব্রাবেংওই - শৈবেং) ইবম্মী। মখোযনা পোইতিক মেতব, বাইম, ষ্টেঞ্জানচিংবা অফা অপুনশিং অদুদগী নাম্বোবকুম্মী। অদুদি শৈবেং ওইবগী কবি মগুণ লৈহৌবি ? শৈবেংগী ওইবা লোল, ' ইমেজবি, বেপিতেসন অদুদি মখোযনা শাগোন্ননা খাক্নুনা থল্লম্মী। অদুগা বাবেংগী প্লোট, পোইন্ট ওফ ভিয়ু নচিংবদগী লাপথোক্নম্মী। ফ্রী ভর্জ, প্রোজ পোইমশিং অসি ঐখোযগী মণিপুবী সাহিত্যদসু উবা ফংই।

শ্রী যেংখোম ধনঞ্জয় সিংহ শৈবেং, ব্রাবীমচা, এসে, লমকোযব্রাবীমচা নচিংবদা খুৎ থাই। ইং ১৯৬৭তা সাহিত্য সেবা সমিতি, কক্‌চিং লিংখৎপদা থৌদাং লৌবকখিবা য়ামদ্রবা মেম্ববশিংগী (২৫) মনুংদা মহাকসু অমনি। হৌজিক হৌজিক সমিতি অসিগী ভাইস প্রসিডেন্টকী থৌ পুবি।

সাহিত্য সেবা সমিতি, কক্‌চিংগী ৪৩ শুবা মপোক কুমওনগী সাহিত্য মনাশিং (মঙা) লাম্বোকপগী থৌবমগা ইবোয়ননা তাং ১৮/০৪/২০১০ ইং নোংমাইজিং নুমিত্তা ওজা ধনঞ্জযগী "সাহিত্যদা বস-অলঙ্কাব" সমিতিগী ২১ শুবা লাইবিক ওইনা ফোঙদোকপা ঙমজবসি অইবা অমদি অফোঙবা অনীমক্কী পুক্সিদা নীংশিংদুনা লৈহৌবগদবা থৌদোক অমা ওইববনি।

লাইবিক অসিনা অইবা-অইবীশিংখক্তা নত্তনা সাহিত্য অমদি লোল তম্বিবা কোলেজ, য়ুনিভর্সিতিগী ছাত্র-ছাত্রিশিং লোয়ননা বিছার্স স্কোলবশিংদসু কান্নবা পীবগনি।

তাং ০২/০৪/২০১০ ইং, ইবাই,
কক্‌চিং

*পুখ্রম্বম ব্রাজেন্দ্র সিংহ*
*সেক্রেটরি*
*সাহিত্য সেবা সমিতি, কক্‌চিং*

# মনুং লমায়শিংদা

হিরম | লমায়

| হিরম | লমায় |
| --- | --- |

| হিরম | লমায় |
|---|---|
| তুল্যযোগিতা | ৬১ |
| অর্থান্ততব ন্যাস | ৬৩ |
| অপ্রস্তুত প্রশংসা | ৬৪ |
| বিবোধাভাস | ৬৫ |
| বিষম | ৬৬ |
| অসঙ্গতি | ৬৭ |
| বিভাবনা | ৬৭ |
| বিনোক্তি | ৬৯ |
| ব্যাজস্তুতি | ৬৯ |
| অনন্যোন্য | ৭০ |
| সাব | ৭০ |
| পর্যায় | ৭১ |
| তদগুণ | ৭২ |
| মীলিত | ৭২ |
| অতদগুণ | ৭৩ |
| মানবীকবণ | ৭৩ |
| গুণ | ৭৪ |
| বীতি | ৭৬ |

*********

# শব্দ শক্তি (ৱাহৈ পাঙ্গল )

ৱাহৈ খুদিংমক অর্থ অমমম লৈবা ঙাক্তনি । মদুগুম্না অর্থ লৈবা ৱাহৈশিংনা পুল্লগা ৱাহৈপবেং ৱাঙাং অমা ওই । ৱাহৈ য়াওদবা অর্থ অমদি অর্থ যাওদবা ৱাহৈদি সাহিত্যগী মবমদা খল্লুবা ফাওবা যাদে । ৱাহৈগা অর্থগা নপ্নদুনা লৈ, খায়দোক্লবা যাদে। কবিতা অমদি কাব্যগীদমক্তদি ফজবা ৱাহৈগী তঙাইফদবা ওইবগা লোযননা নীঙথীবা অর্থগীসু থোইদোক্লা তঙাইফদে । মীওইবগী ৱাহৈ অমমম খুদিঙ্গী সুপ্নগী অর্থ অমা, অর্থ অনি নত্রগা অনিদগী হেন্না লৈবসু য়াওবি । মফম, মতম, মতাং, ৱাঙাং, খোঙ্ঘোক্কী মতুংইন্না সাধাবন খঙনবা অর্থ নত্তবা তোংঙানবা অর্থ অমা লৌবসু য়াওই ।

‘ষণ’ হাযবা ৱাহৈগী অর্থসি মখোঙ মবী পানবা, মচী অনি হৌবা, অশাংবা মমৈ অমা পানবা যুমদা যোক্লবা যুমশা অমবু খঙনৈ । “ষণ কাবক্লে।” ৱাঙাং অসিগী অর্থদি লমহাঙ, লমজাওদা শজিক চাকবা থাদোকখিবা ষণ অদু (যুমদা) শঙ্গোন্দা হল্লক্লে হাযবনি । অদুবু পাবা তাকপীবদা ফাগন্দবা আঙাং অমদা “মসিগী অঙাং অসি ষন নি । হায়ববদি অঙাং অসি মখোঙ মবী পানবা, মচী অনি হৌবা, মমৈ অশাংবা পানবা যুমশা অদুগী মুর্ত্তিগা অঙাং অসিগা মান্নে হায়বা নত্তে, অঙাং অদুগী মবুদ্ধি-মবৌশিং ৱাৎচবা অদুগা ষনশিঙ্গী অপঙবা বুদ্ধিগা মান্নে হায়না ইঙ্গিত পীবনি। শম্না অঙাং অসি ষনগুম্না পঙই হায়না চাংদম্নবিবনি । মবম অসিনা মতাং অসিদা ষণগী মবমদা মীয়াম্না খঙনবিবা অর্থ লৌদনা ইত্রেপ তোম্না ‘পঙবা’ গী অর্থ লৌগনি । মবম অসিনা মফম মতমগী অমদি খোঙ্ঘোক্কী মতুংইন্না ৱাহৈশিংগী অর্থ তোংঙান তোংঙান্না হনবা তাবকই । পঞ্জবিবা ৱাফম অসি তোংঙান্না মতোমতা নিঙতম্না লৈবা ৱাহৈশিঙ্গী মবমদা হাযজবা নত্তে, ৱাহৈ পবেং অমদি ৱাঙাংশিংগী মনুংদা য়াওবা ৱাহৈশিঙ্গী মবমদা হাযজবিবনি ।

অসুম্না তোংঙান তোংঙানবা ৱাহৈশিংদা তোংঙান তোংঙানবা অর্থশিং খঙহনবা ঙম্বগী পাঙ্গল য়াওবি। মদু ‘শব্দ শক্তি’ (ৱাহৈগী পাঙ্গল) হায়না খঙনৈ। মখাদা শব্দ শক্তিশিং অদুগী মবমদা শম্না থমজবি

## অবিধা শক্তি : -

কবিগুম্না ব্রাহৈ অমা তাবগা ঐখোয়না ইচম চম্না মীয়ামা খঙনবিবা অর্থ অমা খঙহল্লিবা শক্তি অসি অবিধা শক্তি নি । অবিধানা খঙহল্লিবা অর্থদি শব্দকোশ (ডিক্সনাবী) দা ফংই । অবিধা শক্তিনা খঙহল্লিবা অর্থ অদু ব্রাচ্যার্থ কৌই । ব্রাচ্যার্থদি ব্রাহৈ পবেঙ্গী মনুংদা হাযবিবা ব্রাহৈগী ইঙ্গিতনা পীবিবা অর্থ অদুখক্তা খঙনৈ । শম্না বাচ্যার্থ দি অহাযবা অদু খক্তা খঙগনি।

কবিগুম্বদা ব্রাহৈ অমগী অর্থ কয়ামকম লৈবা য়াওবি । অদুদি মতৌ কবম্না ব্রাহৈ অদুগী খঙহন্নিঙলিবা অর্থ অদু ঐখোযনা খঙবা ঙমগনি ? কবম্না অর্থনো ঐখোযনা লৌগদবা ? হায়বক্লিবা, ঙাংলিবা মীগী খোম্লোক ইঙ্গিত, মফম মতম ব্রাহৈ পবেং অসিনা চিংবা কযানা বক্তা'গী হাযনিঙলিবা অর্থদু খঙবা ঙমই ।

*খুদম ওইনা :-*

১) সনা তোম্বগী মনাও নি ।

২) ঙসি ঙবাংদি সনাগী মমল হম্লবে ।

অহানবা ব্রাহৈ পবেংদা যাওবিবা 'সনা' ব্রাহৈসি মী অমগী মিংনি হায়বা ব্রাহৈপবেংগী অতে ব্রাহৈশিগী মপান্দগী খঙবা ঙমই অদুগা অনিশুবা ব্রাপৈবেংদা যাওবিবা 'সনা' ব্রাহৈগী অর্থদি মমল য়াম্লবা ধাতু অমগী মিংনি হায়বসু থংনবিবা ব্রাহৈ পবেংগী ব্রাহৈশিংনা খঙবা ঙমই । মতৌ অসুম্না হিন্দী লোন্দা 'কল' হায়বা ব্রাহৈগী অর্থ হৌখ্রবা 'ঙবাং' অমসুং লাক্কদবা 'হয়েং' অনিমক্কী অর্থ খঙনৈ । অদুবু - "বাম কল আয়া থা" হায়বা ব্রাহৈ পবেংদা যাওবিবা 'আয়া থা' 'লাক্লম্মী' হায়বসিনা হৌখ্রবা ঙবাংনি হাযবা খঙই অদুগা "বাম কল আযেগা" হায়ববদি আয়েগগী (লাক্কনি) অর্থনা লাক্কদবা হয়েংগী অর্থনি হাযনা লেপ্পা ঙমই । অসুম্না থংনবিবা ব্রাহৈ পবেঙ্গী ব্রাহৈশিংন ব্রাহৈশিঙ্গী চপ চানা খঙহল্লিবা অর্থদু লৌশিনবা ঙমই ।

## লক্ষনা শক্তি : -

কনাগুম্বা বুদ্ধি-লৌশিং ব্রাৎচবা অঙাং অমবু তাকপি তম্বিবদা ব্রাববা ওজা অমনা অঙাং অদুগী মবমদা - "অঙাং অসি গধা নি" হায়বগী অর্থসি গধা হায়বা মখোঙ মবী পানবা জীব অদুনি হায়না গধাগী মুর্তিদুগা প্রমান তৌবদুনা হায়বা নত্তে, তশেংনা অঙাং অদুগী অপঙবা জ্ঞান অদুদা লক্ষ (পান্দম) তৌদুনা গধাগী অপঙবা জ্ঞানগা মান্নে হায়বগী ইঙ্গিত পীবনি অসুম্না গধাগী মকওইবা শকওং শাদাশিংগী অর্থদু খঙনদনা গধাগী অপঙবা 'গুণ' অদুখক্তা লৌবিবা, গধাগী অপঙবা জ্ঞান অদুদা লক্ষ তৌদুনা ঙাংলিবা অমসুং খঙহল্লিবা শক্তি অসি লক্ষনা শক্তি কৌই । লক্ষনা শক্তিনা খঙহল্লিবা অর্থবু লক্ষার্থ কৌই ।

"অঙাং অসি য়াম্না পঙই ।" হায়বগা পেঞ্জদে, অঙাং অসি গধানী হায়বগা হায়নিংলিবা অদুমক য়ৌনা ফোংদোকখ্রবগুম খঞ্জে । খুৎহায কয়ামকম থোক্লা হায়নবিবনি । লক্ষার্থনা মকওইবা ব্রাহৈগী অর্থদা অখিঙবা পীববসু মক ওইবা ব্রাহৈদুগা মবী ইলৈ লৈনদবদি নত্তে । "অঙাং অসি গধানি" হায়বগী অর্থদা গধাগী মুর্তিগা মবী লৈনবা মক ওইবা অর্থদা অখিঙবা পীববসু হায়বদি অর্থ অদু থমখ্রবসু গধা অদুগী অপঙবা গুন অদুদি লৌবি । গধাগী গুন অদু অঙাং অদুদা থংথববি । অঙাং অদুগা গধাগা মবীদি লৈনবী ।

কবিগুম্বা অচৌবা শান্নবুঙ অমদা মী য়াম্না লাক্লুনা তিল্লবা উবগা "খুন পুম্নমক পৈববে ।" হায়নৈ । ব্রাঙাং অসিনা ফোংদোকলিবসি খুঙ্গংশিঙ্গী মী পুম্নমক কুম্মৈ য়েংবা লাক্লে" হায়বনি । খুঙ্গংগী য়ুম কয়, ফুডা দলান লমনচিংবদু লাকপা নত্তে । খুঙ্গঙ' হাযবগা খুঙ্গঙগী মীশিংবু খঙনবা চৎনবী (কটি) লৈবনা খঙনবিবনি । অসুম্না শহব পুম্ন মক তিল্লবে । হায়বগা শহবগী মীয়ামদু তিল্লবে হায়বিবনি খঙনৈ । খুঙ্গঙ অমদি শহবগী মীয়ামদা লক্ষ তৌবগা হায়বনি । মসি লক্ষনা মুলক কঢ়ি নি । হায়বদি কটি শব্দনা লক্ষার্থ খঙহনবনি ।

কা হেন্না নোয়খোক চাউথোক্লবা মকপ অমা উবগা - "ভাই নংদি য়াম্না চাদ্র-থক্তবা মাল্লি নয়াঙ য়াম্না কংশিল্লম্মেদা ।" হাযনা কবেম্নবা ব্রাঙাংগী অর্থ অসি ব্রাহৈগী অশেংবা অর্থ অদুগী ওন্ন-তৈনবা য়াম্না চাশিল্লবা মাল্লি চাউখৎলম্নে হায়বনি হায়না

লৌগনি । অসুম্না নংনা ঐগী ইচা ইমৌ পূম্নমক কাযননবা শিনবিদুনা য়াম্না থৌজানবিবেদা হাযববদি থৌজানবীবে হায়বিবগী অর্থ অদু "মাঙন-তাক্রবা শীনবীবে" হাযবি হাযবা খঙই । "য়ুম অনিসি কৌনদে" হাযবগা য়ুম অনি অদুদা লৈবিবা মীশিঙ্গী মরক্তা যেংথীনৈ, ব্রা লান ঙাংনদে হাযবনি খঙনৈ । য়ুম অনি অদুদি থব্রায় পান্দবা পোৎশক ঙাক্তনি কৌনবসু ঐথোক্তে । মসি মমাঙঙৈদগী চৎনবী ওইনা লাকপা কটিনি । য়ুম হাযবগা য়ুমদা লৈবা মীশিংবু খঙনবনি । অসুম্না মৈতৈগী পাউবৌ পূম্নমক লক্ষার্থগী খুদমশিং ঙাক্তনি । অসুম্না লক্ষার্থ শীজিন্নবগা সাহিত্য অমদি কাব্যশিঙ্গী গুণবু হেনগৎহল্লি।

## ব্যঞ্জনা শক্তি :-

কবি কবিগুম্বদা অবিধা, লক্ষনা গী অর্থনা খঙহন্নিঙলিবা অর্থদু শেংনা খঙহনবা ঙমদবা নত্রগা ফোংদোক্লিংলিবা ভাব অদুগী থাক যৌনা ফোংদোকপা ঙমদবা মতাং যাওই অসিগুম্বা ফিভমদা ফোংদোক্লিবা শক্তিবু ব্যঞ্জনা শক্তি কৌই ।

কনাগুম্বা অমনা কনাগুম্বা অমদা "নংগী মাযথোংদা মীনম্বগী মমি শেংনা তাই ।" হায়বকপদা অমদুনা খুন্নকই- এঃ ঐদি ঙসিদা খঙলি, ঐগী মাযথোংসি অশেংবা মিংশেলনি হাযবা" পাওখুম অসিনা খঙহন্নিঙলিবা অর্থ অসি বাচ্যার্থ অমদি লক্ষার্থনা চপ চানা খঙহনবা ঙমদে। ব্রাফম অসি ব্যঙ্গ তৌদুনা হাযবা ব্যঙ্গার্থ বোমদা লৌবা তাই । মসিদি ব্যঞ্জনা শক্তিনা খঙবা ঙমই । পাউখুম পীবিবা মীশক্না মহাক্কী ব্রাঙাংগী ব্যঙ্গগী অর্থদি - মিংশেলদা যেংলুবা মীগী মমি তাবগুম ঐগী মাযথোং মিংশেলদা নং নশাগী মীনম্বগী মমি তাবনি । মীনম্নিবসি ঐ নত্তে, নংনি হাযবিবনি । অসুম্না ব্যঙ্গার্থবু খঙহল্লিবা শক্তি অসি ব্যঞ্জনা নি । ব্যঞ্জনাদগী ফংলিবা অর্থবু ব্যঙ্গার্থ অদুগা মদুবু ফোংদোক্লিবা ব্রাহৈবু ব্যঞ্জক কৌই ।

## ব্যঞ্জনা শক্তিগী খুদম খবা : -

লঙ্কা মৈ থাববা তুংদা হনুমানবু ফাবগা বাবনগী সভাদা পুশিল্লকপা মতমদা বাবনদা হনুমান্না ব্যঙ্গার্থদা অসুম্না খঙহল্লি -

*বাবন*- "হে যোং ! নং কনানো ?"

*হনুমান*- "অক্ষয কুমাববু হাৎপদুনি, পাঙ্গল্লবা বঘুনন্দগী দুতনি।"

*বাবন*- "সমুদ্রদি কমদৌনা লাল্লকই ?"

*হনুমান*- "ষন খোঙ্গুনগুম্বনি, অদুবু থবক্লা ?"

*বাবন*- "কমদৌনা নংবু পুল্লিবা, ফাবিবা ? "

*হনুমান*- "নংগী ফজবীশিংদুনা তুন্নিঙৈদা ঐনা যেংলুবে মদুগী পাপননি।"

মথক্কী ৱাবী - ৱাতাই অসিদা ব্যঞ্জনাশিংগী ফজবা মশক মযাম যাওবি। বামগী দুত ওইবিবা হনুমান মতোমতনা লান্মী মযামগা লোযর্নবিবা বাবনগী লান্মী মবক্তা কল্লে, থৌবে হাযবিবা অক্ষযকুমাববু হাৎপা ঙম্বা হনুমান্নি তাকলি অদুক কল্লবা মহাকসে বামগী দুত মচা অমত্তনি হাযবি। বঘুবামগী দুতনা ফাওবা অসি যৌনা কল্লবদি বামদি কযাদা কল্লমগনি খঞৌ হাযবগী ব্যঞ্জনা নি । অদুগা খ্বাযদগী হেন্না ফজবিবা ব্যঙ্গদি বাবন্না অদুক কনবা নংনা কবিগী বন্দি ওইববি ?" হাযনা হঙলকপদা হনুমান্না - "নংগী শক ফজবী নুপীশিংদুনা তুন্নিঙৈদা ঐনা যেংলুবগী পাপনা ঙসি ঐনা বন্দি ওইবিবনি।" হাযবা ব্যঙ্গসিগী অর্থদি চুম্না ইচম চম্না ফজবী মীগী নুপীবু যেংলুবা ফাওবগী পাপনা ঐনা ঙসি বন্দি ওইবিবনি। বাবন নংদি মপুবোইবা লৈবী সীতাবু হুবাল্লুবগী পাপতি কযা যাম্না চাউগনি। নোংমদি নং শিব তাবনি, হাযবগী ব্যঙ্গার্থদু খঙহল্লি।

অসুম্না বাবন অঙ্গদগী ৱাহং - পাউহংদসু ব্যঙ্গার্থগী ফজববা মশক যেংবিযু -

বাবন্না- "কনাই মচানো ? "

অঙ্গদ- "বালিগী ।"

বা- "বালি হাযদি কনা ? ঐ খণ্ডদে ।"
অ- "নংবু সেগ্রাক্তা চপ্পগা সমুদ্র তবেত্তা ঈকজবদো ।"
বা- " কদায লৈ মহাক ?"
অ- "লাইবৈবাক্তা যৌখ্রে ।"
বা- "ক'বিগী যৌখ্রিবা ? "
অর "রঘুবামগী তেনগী দলই তোংদুনা যৌখ্রিবনি ।"

মথক্কী ৱাবী - ৱাতাই অসিনা বাবনগী নাপলগী ৱাঙাং "ৱালি হাযবদি কনানো ঐদি খণ্ডদে" ৱাঙাংসিনা ফোংদোক্লি মদুদি বালি হাযবদু ইচম চম্বা মীওইবমগনি অদুনা নংগী নপা বালি হাযবদু ঐ মশক মমিং খণ্ডদে তাদে, অসিনি । অদুবু অঙ্গদনা - "নংবু মাগী সেগাদ চপ্পগা সমুদ্র তবেত্তা ঈকজবা ঙম্বা বালিদুনি। " হাযবকপদা বাবন্না - "হৌজিক মহাক কদাযদা লৈবগে ? হাযনা হংলকপদা - 'মাদি রঘু বামগী তেনগী দলাই তোংদুনা স্বর্গদা যৌখ্রে, হাযবিবা ব্যঙ্গার্থসিনা ফোংদোক্লিবা অর্থদি অদুক্কী মতিক কনবা বাবন নংবু সেগাদা চপ্পগা সমুদ্র তবেৎ লানবা ঙম্বা বালিদু ফাওবা রঘুবাম্না হাৎখ্রে । অদু ওইববদি বাবন নং হাৎপদি বামদা যাম্না লাযনা থোক্কনি খণ্ডজৌ হাযবনি।

***মুদম অমগা :-***

জটাযুনা শিবমদাইদা বামনা হাযখি - "সীতা হুবানখিবগী পাউসে নংনা স্বর্গদ চৎলগা ঐগী ইপা দশবথদা তম্লুগনু, ঐনা বাম মক্ত ওইববদি বাবণ মশামক্লা মাগী শাগৈ পূম্নমক্কা লোযননা স্বর্গদা লাক্লগা পাউদু মঙোন দা (ইপাদা) তমহনগনি।"

মসিদা যাওবিবা ব্যঙ্গদি ঐনা বাবনবু মাগী শাগৈগা লোয়ননা তুম্না হাৎকনি। ববন্দু মাগী শাগৈগা লোযননা স্বর্গদা থাবক্কনি। অসুম্না ঐনা সীতা হুবানবগী লমন খুন্নগা স্বর্গদা লৈখ্রবা ইপাদা ঐসে নংগী মতীঙ লৈবা নচা বামনি হাযবা খঙহনগে। মতম অদুতদা ঐগী মিং বামগী অর্থথোকপা ওইগনি । ব্যঞ্জনা অসিনা বামগী থৌনা লীঙজেল ফবগী মঙাল ফাওহল্লি। নুংঙাযবগী সঞ্চাব তৌবকই। মসি ব্যঞ্জনা শক্তিনা ফোঙদোক্লিবা ব্যঙ্গার্থনি।

# সাহিত্যদা রস

ঐখোয মীওইবনা অবাম খৌবাংবদু কোক্লনবা খক্তা খল্লগা চাদে, তশেংনা মহাও লৈবা চিঞ্জাক অমা ওইহন্দুনা হাওনা চাননবা হোৎনৈ। প্রকৃতিগী হৈ - বা ফাওবা হেন্না হাওবা তৈ চানিঙই। শেম শাদুনা, থোং থাক্কুনা চাগদৌবিবা পোৎশকশিং অদু মহৌশানা অহাওবা পোৎশক ওইজববসু য়েংবদা হেন্না চানিঙবা পোকহন্নবা ফজনা শেম শাবগা মহাও হেন্না কাহনগদবা- মবোই মপাং, থুম মোবোক, থাউ, মচুনচিংবা মচল কয়া হাপ্লে। মদুনা চাগদৌবিবা মপুং ওইবিবা পোৎ অদুগী মহাওদা মতেং পাংহল্লি, মপুংফানা মহাও ফংহল্লি। চাগদৌবিবা পোৎশক অদুনা মীওইবগী লৈযেঙদা মহাও পীবখক্ত নত্তনা মিৎনা য়েংবদা ফজহনবা, চানিঙবা পোকহন্নবা হোৎনৈ, লোযননা পোৎশক অদুগী নুংশিবা মনমসু নাতোন্দা ফাওহন্ননবা হোংননিঙই অদুম তৌবগা পোত্তুগী মহাও হেনগৎহল্লি। পাংখোক য়েন্দেম্বু খুনিং অমমম শাংনা ফৈগক ফৈগক কক্কুনা কনাসু থোংনদে।

সাহিত্যকাবশিংসু মশাগী অনিঙ - অপাম, নিঙলিবা ভাব, (বস) অদু হেন্না মপুং ফানা ফজনা পুখৎননবা বিভাব , অনুভাব, সঞ্চাবী ভাব কয়াগী মতেংনা স্থাযী ভাবপু যাকাযহন্দুনা সাহিত্যগী থব্রায ওইবিবা- বস অদু পাঠকশিংদা ফাওহল্লি। থম্মোযদা ফোংঙমদবা নুংঙাযবা পী।

সাহিত্যগী নুংগী ভাবপু (বসপু) খবা হেন্না ফজনা পুখৎনবা হোৎনবগী মথক্তা পাবদা, তাবদা, য়েংবদা ফজ ফজববা ব্রাহৈ লৈতেং, ব্রাঙাঙ - ব্রাতো কযানা লৈশি লৈথোন্দুনা ফোংদোক্লবা হোৎনৈ। হাযনিঙলিবা ব্রাফমগী অর্থদু চুমদ্রিং হাযবা, নাকোইননা হাযবা নত্রগা থাংদেক্লা যাল্লগা মযানা পালহনবা অমদি ফাওহন্নবা হোৎনবা কয়া কযানি। আচার্যশিংনা কাব্যগী থব্রায়নি লৌনবিবা লেঙদবা স্থাযী ভাব অমদি বস কা হকথেংননা মবী লৈনবিবা বিভাব, অনুভাব সঞ্চাবী, ভাবশিংবু পাংদিঙ মান্ননা পুখৎনবা হোৎনবগা লোযননা ভাবকী লৈতেং ওইবিবা অলঙ্কাবশিংবু মতাং চানা হাপ্পুনা কাব্যগী নুং-পান (ভাব পাক্ষ কলাপক্ষ) অনিমক্কী গুণ-দোষ খঙনা খোঙ থাঙনবি।

সঙ্গিত সভা অমদা শুপনগী অফবা খোঞ্জেলদু খক্তনা ভাবোকপু পেলহনবা ঙমদে। বাগ, বস, সুব, তান, ছন্দ, লয, যন্ত্র কযাগী সঙ্গম ওইবা চঙই। মতৌ অদুগুম্না কবিশিংনা ভাব খক্তং ব্রাংলগা নত্রগা অলঙ্কাব খক্তং যজনা লৈতেংলগা লোযবে খন্নদে, পক্ষ অনিমক থোং মান্ননা পুখৎনবা অকনবা সাধনা তৌবা চঙই।

মীওইবগী থম্মোয চাংজৌ নাইদবা সমুদ্রনি। মসিগী নুংদা মশীঙ থীঙমদ্রবা মনিমুক্তাগী মশক ওইববা ভাবশিংনা থন্না লৈবি। জগৎকী তোংঙান তোংঙানবা মশীঙ লাকঙমদ্রবা ফিভমশিংদা মীওইবনা লৈ অদুনা মশীঙ লাকঙমদ্রবা ভাবশিং থম্মোযদা পোকহল্লকই। অদুগুম্বা ভাবশিং অসিবু থাযনদগী মনোবিজ্ঞান হৈবশিং, শাস্ত্রকাব অমদি আচার্যশিংনা ভাবশিং অদু মশক খঙদোকপগা লোযননা মখোযগী কাঙলুপ খাযদোক্লবা হোৎনবক্লি।

মখোযগী মত মতুংইন্না খাযদোক্লিবা স্থাযী ভাবশিং অমদি বসশিং অদু মখাদা থমজবি

| | ***বস*** | ***স্থায়ীভাব*** |
|---|---|---|
| ১। | শ্বীঙ্গাব বস | প্রেম (নুংশিবা, নুপা - নুপীগী) |
| ২। | হাস্য বস | নোকপা |
| ৩। | করুণ বস | অৱাবা (শিব-কাযনবনাচিংবগী) |
| ৪। | বৌদ্র বস | শাউবা |
| ৫। | বীব বস | থৌনা |
| ৬। | ভযানক বস | কিবা |
| ৭। | বিভৎস বস | তুকচ্চবা |
| ৮। | অদভুত বস | অঙকপা |
| ৯। | শান্ত বস | নির্বেদ (বৈবাগ্য) |

বস অমদি স্থায়ীভাব খুদিংমক মীওইবা ঐখোয় খুদিংগী থম্মোয়নুংদা লোতুনা লৈবিবনি। মতাং অমদি থৌদোক্কী মতুংইন্না নত্রগা কবিগুম্বদা কাব্য, উপন্যাস, দ্রামানচিংবা পাক্লবগা নত্রগা দ্রামা য়েংলুবগা নুংদা লোতুনা লৈবিবা নুংশিবা, থৌনা, নোকপা, শাউবনচিংবা স্থায়ীভাবশিং অসি য়াকাইবকই অমদি বস পোক্লকই। বসশিং অসি পাঠকশিংগী থম্মোয়দা ফজনা যাকাইহনগে, পোকহনগে হায়ববদি ভাবশিং অদুদা মশেক - মঙাল অমদি মতেং পীবক্লদৌবিবা ভাব - বিভাব, অনুভাব, সঞ্চাবী ভাবশিংবু মশক থোক্লা, ময়েক শেংনা পুখত্তুনা স্থায়ীভাবপু য়াকাইহন্দুনা মপুং ফানা পাঠকশিংদা বস পীগনি ।

খুদম ওইনা শৃঙ্গাব বস পামজনা ইবিবা উপন্যাসকাব অমনা শাবী-শানৌ অনি নুংশিনবগী 'নুংশিবা' হায়বা ভাব (বস) পু থৌনা পুখত্তুনা মপুং ফাবা মহাও অপাবদা পীগে হায়ববদি "দোবেন্না ললিতাবু থমথেংনা নুংশিজে অদুগা ললিতানসু দোবেনবু হায়নিংঙাই লৈতনা নুংশি" হায়না দক হেক হায়বগা নত্রগ. থন্নগা শৃঙ্গাবগী মপুং ফাবা মহাওদু পাঠকশিং অমদি শ্রোতাশিংনা ফংলোয়। দোবেন্না নুংশিজবিবা নাযিকা ওইবিবি ললিতাবু নুংশিবগী 'প্রেম' হায়বা বসকী স্থায়ী ভাব নুংশিববু হেনগৎহনগদৌবিবা ললিতাগী ফজবা মায়থোং, নুংশি মীৎযেং, খোইথুম্নববা ৱাঙাং, নুংশি মীনোক, ফিজেৎ লৈতেং, অচিকপা, থাবল ফবা নুমিদাং, লিবি হুম্বা মালংবা, নুংশিবা হৈনম - লৈনম শম্না হায়ববদা আলম্বন বিভাব অমদি উদ্দীপন বিভাব অনিমক্কী ফিভমগা লোয়ননা আশ্রয়শিঙ্গী অনুভাবশিংদু মথং মথং যেক্লকপা মদুগা লোয়ননা হাপ্পা যাবা সঞ্চাবীভাবশিংসু কাউদনা থম্নবা হোৎনবা চঙই। মদুতদা উপন্যাস অদুগী বস অদু মপুং ফাবা ওইগদৌবিবনি। নায়ক - নাযিকা অনিগী হকচাঙ্গী ওইবা ওল্লক্লিবা মওং কায়দাশিং (চেষ্টা) কযাদু নীংথিজনা মবম মতাং চানা যেক্লবতদা পাঠকশিংদা নুংঙায়ববা প্রেমগী বস অদু মপুং ফানা ফাওহনবা ঙমগনি। মতৌ অসুম্না বস মখল খুদিংগী মখোযদা মতেং পাংলগদৌবিবা বিভাব, অনুভাব, সঞ্চাবী ভাবশিংগী মতিক চাবা মতেংনা স্থায়ীভাবশিংবু থৌগৎহনগনি, যাকাইহনগনি অদুগা বস অদু মপুং ফানা পুখৎকনি। বসনা (সাহিত্যগী) কাব্যগী থৱায়নি লৌনৈ, বস যাওদ্রবা কাব্যদি থৱায় য়াওদ্রবা হকচাংগা পাংথবকনি হায়নৈ। বসপু মপুং ফাহনগদৌবিবা বিভাব, অনুভাব অমদি সঞ্চাবী ভাবশিংদুগী মবমদা কুপ্না মুন্না খন্নবা মথৌ তাই ।

# বিভাব

বিভাব মখল অনিথোক্লা খাযদোকই। আলম্বন বিভাব অমসুং উদ্দীপন বিভাব ।

**আলম্বন বিভাব : -**

ভাব অমা পোক্লকপদা মাযকৈ অনি শোযদনা চঙই - ভাব অদু থম্মোয়দা পোক্লিবা মীশক অদুগা অনিশুবদা ভাব অদু পোকহল্লিবা মীশক। নুংশিবা, শাউবা, কিবা, তুকচ্চবা অসিনচিংবা ভাবশিঙ্গী মনুংদগী কবিগুম্বা ভাব অমত্তং কনাগুম্বগী থম্মোযদা পোক্লক্লবদি মহাক অদু আশ্রয় কৌগনি অদুগা ভাব অদু পোকহল্লক্লিবা মীশক অদু আলম্বন কৌই। খুদম ওইনা থোইবীবু উকবদা খম্বদা নুংশিবা ভাব পোক্লগা খম্বা আশ্রযনি অদুগা নুংশিবদু খম্বাদা পোকহল্লিবা থোইবীদু আলম্বন ওইবে। আলম্বন ওইবিবা থোইবীবু নুংশিবিবা খম্বা (আশ্রয) গী মশাদা উৎলক্লিবা মিৎযেং - নাযেং, হবাও - তুচুঙবা, নুংশি ৱাঙাং, খোঙবীনা লৈমাযদা তকপনচিংবা কাযদা পূম্নমক অনুভাব নি। অদুগা আলম্বন ওইবিবা মীশক নত্রগা পোৎশক অদুগী হকচাংগী ওইবা মতৌ, ৱাঙাং শাঙাং, মিৎযেং নাযেং, ফিভমনচিংবদু আশ্রযনা মাবু নুংশিবদা, শাউবদা নত্রগা কিবদা লৈবম্বা ভাব (স্থাযীভাব) অদুবু হেনগৎহল্লিবা শব্দকশিংদু আলম্বন বিভাবনি। খুদম ওইনা ঐনা কৈ উবদা কিবে হাযনা খল্লসি। মতাং অসিদা কৈ অদু ঐগী আলম্বন ওইবে।অদুগা ঐবু কিহল্লিবা মাগী মবাং মবাং লাংবা মচু, ঙ্কুং ঙ্কুং ঙংলকপনচিংবা শিংদু আলম্বন বিভাবনি। অমবোমদা কিবিবা ঐসি মতাং অসিদা আশ্রয় ওইগনি। আশ্রয ওইবিবা ঐগী থুক্কৎপা, তু চুংবা, কপ্লাক থক থক নিকপা, কিদুনা লাওবা অমদি চেনবনচিংবা থৌওং (চেস্টা) শিংদু অনুভাব কৌগনি। অদুগা প্রমান অমবেমদা হায়বগা হৌদোং অমনা ঐঙো' দা কিবে হাযনা লৌবসি অদু ওইববদি ঐহাক অসি কিবিবা হৌদোং অদুগী আলম্বন ওইবে অদুগা ঐনা শাউনা য়েংবা, চৈবা, চৈ পাযখৎপা, খোঙ থিন্দুনা লাওবা অসিনচিংবা কিদুনা লৈবিবা হৌদোংদুবু হেন্না কিহন্নবা তৌকবিবা ঐগী মওং পূম্নমক আলম্বন বিভাবনি। হৌদোং অদুনা কিবদুনা চেনফম যেংবা, চেনবা অসিনচিংবা হৌদোংগী হকচাংগী মওংশিংদু অনুভাবনি।

## উদ্দীপন বিভাব

প্রকৃতিগী পোৎলমশিংনা স্থাযী ভাবশিংবু মৈথৌ হাপকৎলকই। থাবল ফবা অহিং, চীং, পাৎ, তুবেল, হৈনম - লৈনম, অচাকপা লম্মৈ আলম্বন ওইবিবা মীশক্কী ফিজেৎ, সনা লিক্ক অসিনচিংবা পোৎলমশিং অসিনা মীওইবদা লৈজবম্বা স্থায়ী ভাব পু হেনগৎহল্লি। মসি উদ্দীপন বিভাবনি । নুংশিবা, তুকচ্চবা, থৌনা, কিবা অসিনচিংবা ভাবশিংবু ফজনা মপূং ফানা পুখৎকে হাযববদি প্রকৃতিগী পোৎলম উদ্দীপন বিভাবশিং অসি মতাং চানা হাপকনি ।

## আলম্বন

কনাগুম্বা অমনা কনাগুম্বা অমদা নুংশিবা, শাউবা, কিবা, তুকচ্চবনচিংবা তৌবে হাযনা লৌবসি । শাউফম, কিফম, নুংশিফম, নত্রগা তুকচ্চফম ওইবিবা মহাক অদু আলম্বন ওইবে অদুগা নুংশিবা নত্রগা শাউকবিবা মহাক অদু আশ্রয কৌগনি। আলম্বন অদুনা অমুক আশ্রয ওইবসু যাই। খুদম ওইনা খম্বনা থোইবীবু নুংশিকবে। থোইবীসি খম্বগী আলম্বননি। অদুগা থোইবীনা খম্বদা শাউবে খল্লসি, মতাং অসিদা খম্বা থোইবীগী আলম্বন ওইবে। অসুম্না আলম্বন অমদি আশ্রয, আশ্রয অমদি আলম্বন ওম্বাং ওনশিন ওইনবনি।

## অনুভাব

বাম্না সীতাবু উবগা নুংশিকবে খল্লসি। মতাং অসিদা নুংশিবা স্থাযী ভাব পু পোক্লক্লিবা বাম অসি আশ্রয় কৌগনি। আশ্রযগী হকচাঙ্গী ওইবা লেংওৎপা, নোকপা, ৰঙাং - শঙাং, মিৎয়েং - নয়েং, তু চুঙবা, ফি শেমজিনবনচিংবা মওং পুম্নমক অনুভাব নি। অদুগা মতাং অসিদা সীতাসি বামগী আলম্বন নি। অমনা অমগী আশ্রয অমদি আলম্বন ওইনবগী মতুংইন্না আশ্রয়গী হকচাংগী মওং মতৌশিংদু অনুভাব নি। অনুভাবনা মবম ওইবগা আশ্রয়গী থম্মোয়দা লৈবিবা ভাব অদু পাবিবশিং অমদি তাবিবশিংনা খঙবা ঙমহল্লি । মবম অসিনা আশ্রয় গী অনুভাবশিং শুগাযনা ময়েক শেংনা বর্নন তৌবা তাই। শাউবদা মিৎ খাজোক খাজোক যেংনবা, য়া ক্রক ক্রক চিকপা, থাং তাপ পাযখৎপা, নুংশিবদা - য়েংনিঙ যেংনিঙ য়েংঙমদবা অসিনচিংবা চেস্টাশিং হাপ্পা তঙাইফদে।

## সঞ্চারী ভাব নত্রগা ব্যভিচারী ভাব : -

স্থায়ীভাব শিংদা মতম খবা নত্রগা ঙাযহাক্তং মতেং পীবল্লগা অমুক মফমদা হঞ্জিন্দুনা মাঙজখিবা ভাব মখল অমনি। খুদম ওইনা ঈশিং লৈবা পুষ্রি অমদা লৈতুম নত্রগা নুংদুম অমা হুন্থবা মতমদা পুষ্রিগী ঈশিং ঈমাযদা ঈথক ঈপোম হৌবক্কনি। থোক থোক নোমলিবা ঈশিং অদুগী মমিং ঈথক নত্রগা ঈপোম কৌই। ঙায়হাক্তংগী মনুংদা ঈথক নত্রগা ঈপোম অদু মতোমতা হৌবকফমদা মাঙজখি। মমিংসু মাঙখি। হান্না ঈশিং কৌবম্বা নুংদু হুন্থবগী নোমলিঙৈ মনুংদা ঈপোম নত্রগা ইথক কৌবম্মী মাঙখ্রগা অমুক পুষ্রিগী ঈশিংদা হনজিনখি। অসুম্না ঙাযহাক্তংগী ওইনা থম্মোযগী স্থায়ী ভাবপু তেংবাংলম্লগা অমুক মতোমতা থম্মোযদা মাঙজখিবা ভাব মখলনি সঞ্চারী ভাব।

মব্দওইবা ভাব অমনা কবিগুম্বা ভাব অমা অমুক পোকহল্লবদি ভাব অদু সঞ্চারী নত্রগা ব্যভিচারী ভাবনি। খুদম ওইনা কনাগুম্বা অমনা ঐখোযদা অথীবা ৱাঙাংনা চৈবকপদা ঐখোযদা শাউনিংবা হাযবা স্থায়ী ভাব অসি পোকলক্কনি। নুপা অসিনা মমাঙথক্তসু ঐখোযবু কযাবক চৈখিবশিংদু নিংশিংলগা অমুক্কা হেন্না শাউনিংগনি। অদুবু হেন্না শাউনিংহল্লিবা নিংশিংবা মানা নিংশিংদুনা মৈথৌ হাপকৎলম্বা 'অশাউবা' স্থায়ী ভাব অদুদি লেঙদনা লৈহৌগনি নিংশিংবা মাদি অশাউবদা মৈথৌ হাপ্লম্লগা মাঙখিগনি। মবম অসিনা শাউবদা তেংবাংলম্লগা মাঙখ্রিবা নিংশিংবা 'দু সঞ্চারী ভাবনি। সঞ্চারী ভাব মশীং কুন্থাহুমদোইনি হাযনা লৌনৈ- নিঙবা কাযবগী মতৌ, তোম্থবগী মওং, পিবাং শিন্থবা, চিন্তা, নাহেবা, পঙথবনচিংবা। কবিগুম্বদা স্থায়ী ভাব অদুনা আশ্রযদা পোলোয ফাওবা মাগী ফিভমদু লেঙদনা লৈতবা অদুগা স্থায়ী ভাব অদুমক্কা আতোপা স্থায়ী ভাব অমগী সঞ্চারী ওইবকপসু যাওই। অদুগা বসকী থাক য়ৌদনা শুপ্লগী 'ভাব' ওইদুনা লৈহৌবসু যাওই। অপিকপা কবিতা (শৈবেং) শিংদদি বসকী থাক যৌঙমদনা ভাব খক্তং ফোংদোক্লম্লগা নত্রগা ভাবকী ইঙ্গিত অমত্তং উৎলগা থম্লম্বনা অয়াম্বনি।

বসকী সিদ্ধান্তশিং অসিগী মমিং মথা কাউবিবা নত্রগা খঙবিদবদা থোইদোক্লা অমাঙবা, অকায়বা লৈগনি নিঙজদে, অদুমকপু সিদ্ধন্তশিং অসিনা পীবিবা তথ্যশিংদি কাউবা যাদে। নুংঙাযবা, অঙকপা, অৱাবা, নোক্লিংবা অস্নিনচিংবা বস অমা নত্রগা অমা পাঠকশিংদা নত্রগা শ্রোতাশিংদা নত্রগা দর্শকশিংদা পীগে খল্লবদা বিভাব, অনুভাব, সঞ্চাবী ভাবশিংদি কাউথোকপা অমদি নাম্থোকপা যাবোইদবা তথ্যনি।

**বসশিং অমদি ভাবশিংগী মরমদা**

## শৃঙ্গার রস

শৃঙ্গাব বসকী স্থাযী ভাব তি প্রেম নত্রগা বতি নি। প্রেম অমদি বতি ঙমখৈ যাম্না পাক চাউবা যাই অদুবু নুপা - নুপীগী অশেংবা প্রেমনা খ্বাযদগী কনবা অমদি বর্নন তৌবদা পাবিবা অমদি তাবিবা খুদিঙ্গী পূক্লিংদা খ্বাযদগী হেন্না অমসুং থুনা ফাওবনা আচার্যশিংনা মতে - মনাওগী ওইবা নুংশিবা অসিতবু "বস দশা" ফাওবা যৌই হাযনা লৌই।

নুপা - নুপীগী উনবা কাযনবাগী মবমনা মখোযগী পূক্লিংদা অত্তনবা অহোংবা কযা লাকই। মদুনা শৃঙ্গাব অসি (১) সংযোগ (সমভোগ) অদুগা(২) বিযোগ (বিপ্রলমভ) অনি থোক্লা বর্নন তৌনৈ।

১) **সংয়োগ শৃঙ্গাব** দা নাযক নাযিকাগী নুংশিনবগী থৌওংশিং - উনবা ৱাবীশান্নবা, শোক্লবা অসিনচিংবগী বর্নন তৌই। অদুগা

২) **বিয়োগ শৃঙ্গারদদি :-**

(ক) নাযক - নায়িকা অনিদুগী শকখঙনদ্রিৈঙগী মমাঙগী - ফোটো যেংনবা, পাও ওইনা তানবা, ফজবা , গুণ কযাগী অনুবাগ গী বর্নন তৌনৈ।

খ) মান তৌবা - নুংশিবনা ইজ্জৎ সম্মান তৌবিনবা ওইনবা, শাউশিন্নবা।

ঘ) কাযনবা নত্রগা অথাপ্পা লমদা লৈখিবগী বর্নন তৌই। বিযোগ শৃঙ্গাবদা আশ্রয ওইবিবা মীশক্তুগী মৰূওইনা নিঙজবা, চিন্তা, নিংশিংবা, গুণ শিম্থাবা, ঙাওচৎনবা, তেংথাবা, শোম্নবা, পঙথবা, অমদি শিবনচিংবগী বর্নন তৌনৈ।

**আলম্বন (বিভাব) -**

লমচং ফজবা, গুণ লৈবা, শক ফজবা, কুইনা লোয়নবকপা নায়ক - নায়িকা নি।

**উদ্দীপন (বিভাব) -**

নায়ক - নায়িকাগী ফিজেৎ - লৈতেং, ৱাঙাং, মিংযেং-নাযেং অসি পাত্রগী ওইবা উদ্দীপন্নি, অদুগা প্রকৃতিগী ওইবা - থা, থাবল, থৱান, হৈনম - লৈনম, মালংবা, চীঙ - পাৎনচিংবা। হায়বিবা প্রকৃতিগী ওইবা পোৎলমশিং অসিনা সংযোগকী মতমদা নায়ক - নাযিকাবু নুংঙাযহল্লি অদুবু বিয়োগ কী মতমদদি ৱাহল্লি।

**অনুভাব : -**

আশ্রয়গী অনুৱাগ, নুংশি মিংযেং, কোনশিনবা, চুপ্পা, পি, নোকপনচিংবসি অনুভাব নি।

**সঞ্চাৰী : -**

শৃঙ্গাৰ বসকী সঞ্চাৰী নুংঙায়বগী অমদি ৱাবগী অনি থোক্লা লৈ। বস অসিদা সঞ্চাৰী ভাব পূম্নমক চল্লি। মবম অসিনা মসিবু বসৰাজ হায়নৈ। তস্থবা, ফিংগৎপগী মতৌ, হাকামচনবা, শিবা মখোযসি সংযোগ শৃঙ্গাৰদা লাক্তে। অদুবু বিয়োক্তদি লাকই।

## হাস্য রস

কনাগুম্বা মীশক নত্রগা কবিগুম্বা পোৎশক অমগী নাতৈ - পুতৈ চাদবা শকফম, মওং - মতৌ, শুব্দপ কাযববা ফিভম, ফিজেৎ লৈতেং অমদি অঙকপা মওংগী ইঙ্গিতনচিংবা উকবগা থম্মোয়দা নোকনিঙবগী

ভাব অমা লাকই। হায়বিবা নোকনিঙবগী অস্থায়ী ভাব অসিদা বিভাব, অনুভাব অমদি সঞ্চারী ভাব কয়ানা মৈথৌ হাপ্লগা 'হাস্য রস' অসি মপূং ফানা থম্মোযদা পোক্লকই। হাস্য রসতি শুপ্লগী আলম্বনগী বর্ননতনা অদুম যাবে, অনুভাব নচিংবগী থোইদোক্লা দবকাব লৈতে।

**হাস্য রসকী স্থায়ী ভাব : -**

হাস (নোকপা) নি।

**আলম্বন (বিভাব) : -**

শকওং - শকফম নাতৈ চাদবা মীশক নত্রগা পোংশক নি।

**উদ্দীপন (বিভাব) : -**

আলম্বনগী অঙকপা (শুদ্দপ চাদবা) শকফম, ব্রাঙাং, ফিভম, নোক্লনবা মী কাংবু, অঙকপা ফিজেৎ , অসিনচিংবসি মপানগী ওইবা বস অসিগী উদ্দীপন (বিভাব) নি।

**অনুভাব : -**

(আশ্রয়গী) মোমোন্নবা, নোকপা, মিংনা নোকপনাচিংবনি।

**সঞ্চারী : -**

নোকপা, তম্থবা, থৌবাংবগীমতৌ, তথকপগী মতৌ অসিনচিংবা নোকপগী মখলসি কুপ্না খম্থবগা তকক থোক্লা খায়দোকপা য়াই হাযনা লৌনৈ।

১। মিংনা খজিক খজিক নোকপগা লোযননা চিনবানসু হাযফেত্তং লেঙবা মোমোন তৌবা। থোইকম মোমোন মীনোক ।

২। থোইকম মোমোনগা লোয়ননা মিং অমদি চিনবানগা লোযননা যাতোন উনা মোমোন তৌবা।

৩। য়াতোন উনা মোমোন তৌবগা লোযননা খোঞ্জেলসু যাওনা খজিক খজিক নোকপা।

৪। খোঞ্জেল যাওনা নোকপগা লোযননা লেংবান, কোক, খুৎ যাওনা নোমদুনা নোকপবু অবহসিত হাযনৈ।

৫। মিত্তগী পি তাবমখৈ নোকপা (অপহসিত)

৬। খোঙ - খুৎ লৈমাযদা ফুদুনা মাযকৈ শলাই খঙদনা পূক্লী তিংবমখৈ কন্না নোকপা (অতিহসিত)

## করুণ রস

নুংশিবা মীশক্কী অৱা অনা, শিবা অমদি পামজবা পোৎচৈ, লনথুম মাঙবা, নত্রগা পামজখিদ্রবা পোৎশক ফংবা ১দি থৌদোকতগী থম্মোযদা ফাওবকপা অৱাবা চৈনাদগী করুন রস পোকল্লকই।

**করুণ রসকী স্থায়ী ভাবতি** - অৱাবনি ।

**অলম্বন (বিভাব)** - মাঙলবা নুংশিবা মীশক, নুংশিবা মরূপ অমদি মাঙখ্রবা লন্নচিংবনি।

**উদ্দীপন (বিভাব)** - নুংশিবা মীশক্কুগী সংস্কার কর্ম, মহাক্কা মরী লৈনবা ফিজেৎ লৈতেংশিং, মাগী ৱাৰী, মহাক্কী ফোটো অসিনচিংবা ।

**অনুভাব** - আশ্রয ওইবিবনা নিংশাশ্বব ফুইন হোনবা, কপ্প, ঈশ্ববু নিংদা তৌবা, তেংথাবা, লৈমাযদা ওনবা, পঙথবা, লাইবক্তা খুৎতুম্ন শুবনচিংবা হকচাংগী কাযদাশিং অদুনি।

**সঞ্চারী** - নিংশিংবা, অৱাবা, পঙথবা, ঙাওচৎনবা, চিন্তা, তোম্বব অসিনচিংবা অৱাবদা মৈথৌ হাপকৎপা পূক্লিং ঈহুনশিংনি।

**খঙজিনবা য়াবা : -**

করুণ রসকী ফিভমগুম্না ৱাবসি বিপ্রলম্ভ শৃঙ্গারদসু ওই। অনিসিগী খেন্নবিবসি বিপ্রলম্ভদা নুংশিবা মীশক নত্রগা পোৎশক অদু অমুকহন্না থেংনব নত্রগা উনবা যাবগী ওইথোকপা লৈবি অদুবু করুণদদি উনবা অমদি থেংনবগী আশা অমত্তা যাওদ্রে।

## বৌদ্রবস

কনাগুম্বনা তৌবকপা অচৌবা মবাল, ইকাইবা পীবকপা, মাঙননবা শিল্লকপা অমদি লাই গুরুশিংবু নিন্দা তৌবকপনচিংবদগী পোক্লকপা অশাউবদগী বৌদ্র বস সঞ্চাব তৌবকই।

**স্থায়ী ভাব :** -বৌদ্র বসকী স্থাযী ভাবতি ক্রোধ (শাউবা) নি।

### আলম্বন (বিভাব)

কনাগুম্বা যেক্লবা লমহেন্বা মীশক, লৈবাক্কী যেক্লবা, লমচৎ ফত্তবা, লৌনম চাউবা অসিনচিংবা শাউহল্লিবা মীশকনি।

### উদ্দীপন (বিভাব)

যেক্লবনা তৌবকপা মবাল, মহাক্কী থৌবাংশিং, নাপনগী ব. . . ফত্তবা লমচংশংনাচিংবা অশাউবগী স্থাযী ভাবপু হেনগৎহল্লিবা .পাংলমশিংনি।

### অনুভাব

শাউবিবা মীশক আশ্রযগী মিৎ ঈ কানা ঙাংবা, পিশুম শুক্তোকপা, চন যা চিকপা (যাপঙ চিকপা) ব্রা কন্না ঙাংবা, পোৎ - চৈ লংখাযবা, মশ.গী থৌনা শৈথাবা, মশা নিকপা, খানা যেংবা, খোঙনা লৈমাযদা, ফক্লাংনচিংবদা কাওবা অসিনচিংবা শাউবদগী ফোংদোক্লিবা মওংশিংনি।

**সঞ্চাবী-** মাই কনা, ফংগৎপা, শাউবা, নিংশিংবা, শাউবগী মতৌ, ত ক ত কগী মতৌনচিংবনি।

**খঙজিনবা য়াবা : -**

মায - মিৎ ঙাংবা, মিৎ ঈ কাবাসি বৌদ্র বস অসিদা ওইবনি। বীব বসতা নত্তে। মিং ঈ কাবনা শাউবা হেনগৎহল্লি অদুগা বীব বসতা থৌনা হাপ্পী।

## বীব বস

যেক্লবনা শীঙনবকপা, তোল্লবশিংগী দশা, ধর্মগী লৈখাতাবা, অসিনচিংবদগী কনাগুম্বগী থম্মোযদা মদু কোকহনগে হোৎনবকপা, মদুগীদমক নুংাথোকপা থৌদাং যাবকপা, মথৌনা উৎলকপনচিংবদগী 'থৌনা' পোক্লকই। মদুবু শৈথাবদগী বীব বসকী ঈচেল অমা পাবিবাশিং অমদি তাবিবশিংদা হৌবকই। থৌনা ফবা হায়বসি মখল মবী থোক্লা খায়দোকই। লান্দা থৌবা, দযাবীব (থৌজান হৈবা), দনাবীব অমদি ধর্মবীব নি।

**স্থায়ী ভাব :-** থৌনা নি ।

লান্দ থৌবদি যেক্লবা মাঙহনবদা, থৌজাল হৈবদা থৌজালনিঙাই ওইববা মীশক্তা মতেং পাংবদা । দানবীবদা কৎথোকপগী থৌনা, ধর্মবীবদা অধর্মবু মাঙহনবা, ধর্ম সংস্থান লিংখৎপা।

**আলম্বন :-**

(লান্দা থৌবা) যেক্লবা, জয় তৌগে খল্লিবদু।

**উদ্দীপন :-**

লাম্মী, লানগী বজাই পেংখুন খোঞ্জেল, লাম্মীশিংনা লাঙবা-লাওবা, যেক্লবগী থৌবাং উবা, খঙবা অমদি ভাবনচিংবা থৌনাবু হেনগৎহল্লিবা শক্তকশিংনি।

**অনুভাব :-**

ইন্নবা, থাং যান্নবা, মশাগী থৌনা পুথোক্নুনা ঙাংবা, লানগী থৌওংশিং অদুনি।

**সঞ্চাবী ভাব :-**

মবৈ যেৎনবা, নিংশিংবা, তুচুঙবা,হবাওবা, নাপল, ফিংগৎপা অসিনচিংবা।

# দয়াবীর

**আলম্বন বিভাব :-**

অতোন - অতা, রাবনা মীপাইববা মীশক নচিংবা থৌজাল পোকহল্লিবা মীশক্নি।

**উদ্দীপন বিভাব :-**

অৱাফমদা তাববা মীশক্না নাহেবা, কপ - লাওবা, অৱা তেংথা, হাযজবা, ফত্তবা মীশিংনা ওৎপী - নৈবিবা অসিনচিংবা থৌজালগী ভাবপু হেনগৎহল্লিবশিংদুনি।

**অনুভাব :-**

থৌজালহৈবা মঙোন্দগী থোবকপা নুংশি ৱাহৈ, পূক্লিং ফাথবা অৱাবদু কোকহন্নবা হোৎনবিবা । আশ্রযগী থৌওংশিংনি।

# দানবীর

**আলম্বন বিভাব :-**

দান ফঙগদবা মীশক, চাক্লিবনাচিংবা।

**উদ্দীপন বিভাব :-**

দান ফঙ্গদৌবিবা মীগী অফবা অচুম্বা মতৌ, মথৌ মশক খঙবা, মিংচৎ পাম্বা অসিনচিংবা দান তৌনিঙহল্লিবা ফিভমশিংনি।

**অনুভাব :-**

দান ফঙ্গদৌবিবা অমদি নিবীবগী মফমদা ইকাই খুম্নবা, মোমোন্নবা, লৈজবা থাক্তা পূকচেল শেংনা কৎপা, পূকচেল চাউবা উৎপা। আশ্রযগী তৌথোবকপা মওংশিংনি।

**সঞ্চারী ভাব :-**

হবাওবা, পৃক্লিং তপথবা, ঙাকপিবনচিংবনি।

## ধর্মবীর

**আলম্বন বিভাব :-**

বেদ শাস্ত্রগী ব্রাফম থাজবা, ধর্মদা পৃক্লিং লুপ্পনচিংবা নি।

**উদ্দীপন বিভাব :-**

ধর্মগী লাইবিকশিং পাব. তাবা, গুরুগী পাউতাক, ধর্ম - কর্মগী ফলনচিংবা ধর্মবু হেনগৎহল্লিবা পোৎলমশিংনি।

**সঞ্চারী ভাব :-**

হবাওবা, পৃক্লিং ইংবা, ঙাকপিবনচিংবনি।

*বীর (থৌনা) রস মখল মবিগী মনুংদা সাহিতাদা লান্দ থৌবগী খ্বায়দগী মরুওই হায়না লৌনৈ।*

## ভয়ানক রস

**ভয়ানক রস কী স্থয়ীভাব** - অকিবা মীশক, জীব নত্রগা পোৎশক উবগা অচৌবা মবালগী দন্দী ফংগনি খল্লবা, পাঙ্গনবা যেক্লবগা মায়োক্নগনি খনবা অসিনচিংবা থম্মোয় মীপাইবগী মরমদা বর্নন তৌবদা ভয়ানক রস পোল্লকই।

**আলম্বন :-**

মাঙহন তাকহনবগী মশক ওইববা মীশক , অকিবা পোৎশক জীব, লম্মৈ চাকপা, ঈশিং চাউবা, হুবানবা, ডাকু, অকনবা যেক্লবা।

**উদ্দীপন (বিভাব) :-**

অকিবা শিন, জীবনচিংবগী মওং মতৌ, মখোযগী থৌওং, অচৌবা মৈপোক - লাংহৌ, অকিবা ঈথক, অচিকপা, মী লৈতবা লমহাং অসিনচিংবনি।

**অনুভাব :-**

থক থক নিকপা, হুমাঙ কাঙবা, তুচুঙবা, কুচ্চু তাইফেৎ তাইবা, স্বর ফুইনা হোনবা, খোঞ্জেল নিকপা, ব্রান্থবা, কোযযেং যেংবা, যা কাদুনা লৈবা অসিনচিংবা। আশ্রযগী মওংশিংনি।

**সঞ্চারী :-** ফিঙ্গৎপা, তোন্থবা, চিন্তা, শিবনচিংবনি।

# বীভৎস রস

**স্থায়ী ভাব :-** তুকচ্চবানি।

**আলম্বন :-** তুকচ্চনিঙাই ওইবা মীশক, পোৎশক, অপুন্বা, নমথীবা পোৎশক।

**উদ্দীপন :-** পোৎকী নমথীবা মনম, পোৎচৈদা হনথাংবা, হযিং ইনবা অসিনচিংবা। তুকচ্চববু হেনগৎহল্লিবা।

**অনুভাব :-** নাতো' শুককৎপা, তিন শিৎপা, মায লৈথোকপা, মিৎ -উইশিনবা, ওবনচিংবা।

**সঞ্চারী :-** ব্রান্থবা, ফিংগৎপা, লাইথুঙ লাইমন্নচিংবা।

## অদভুত রস

কবিগুম্বা থোইদোকপা পোৎশক অমা উবগা ঐখেযগী থম্মোযদ খৌবাংবা পোকই, কবম্মা ওইবিবনো খল্লগা, শুমহৎলি। অসিগুম্ব পোৎশকশিংগী মবমদা বর্নন তৌবা তাবগা, পাব্বগা থম্মোযদা অঙক ভাব হৌবকই অমদি অদভুত রস পোক্লকই।

রস অসিসু বীভৎস রসকী মতৌগুম আলম্বনগী মবমদা হাযবা নত্ত আশ্রযগী মবমদদি থোইদোক্লা হাযনিঙাই ওইদে।

**স্থায়ী ভাব : -** ঙকপা

**আলম্বন (বিভাব) : -**

থোইদোকপা পোৎশক, ওইথোক্তবা থৌদোক, তাইবঙ তৌঙমদবা থবক, অঙকপা দৃশ্য, অঙকপা মীশক্রচিংবা ঙকহল্লিবা মীশক পোৎশক অমদি থৌদোকশিংনি।

**অনুভাব : -**

য়া কাদুনা লৈবা, তু চুঙবা, মিৎ লাওথোক্তুনা যেংদুনা লৈবা, স্ব কায়বা, হ্মাঙ কাঙবনচিংবা আশ্রয়গী হকচাংগী ওইবা মওংশিংনি ।

**সঞ্চারী : -**

লমঙাওনবা, হবাওবা, মীপাইবগী মতৌনচিংবনি।

## শান্ত রস

তাইবঙগী অবেপ্পা লৈতবা,মিৎকুপ্পা মাঙলিবা মসিগী পোৎলমশিং অসি উবগা অমদি শেম্মীবিবা মপু মাবু নিংশিংলগা, পূম্মক ইবুংঙো মাগী লীলানি মাগী থৌশিন্নি ১দি থৌজালনি খল্লগা পূক্নিংদা ফংলিবা শান্তিসে জগৎকী অতৈ পোৎশক কযা ফংবগী নুংঙায়বনা ফংবা ঙমদে । অসিগুম্ব শন্তিগী বর্ননবু পাবগা, তাবগা, খল্লগা থম্মোয়দা ঈংথবগী রস হৌবকই মদু শান্ত রস নি ।

**শান্ত রসকী স্থায়ী ভাব : -**

নির্বেদ নত্রগা বৈরাগ্য নি।

**আলম্বন (বিভাব) : -**

ঈশ্বর নিঙজবা, অতোপ্পগী যাইফ ব্রাহ্মণ নি।

**উদ্দীপন (বিভাব) : -**

মুণি - ঋষিশিংগী আশ্রম, তীর্থস্থান, মহাত্মাশিংগা সঙ্গ তৌবা, মখোযগী পাউতাক, শাস্ত্রশিংবু যাবা, শাস্ত্রশিংগী পাউতাক পাব তাবনচিংবা থস্মোযবু ঈংথহল্লিবা শব্দকশিংনি ।

**অনুভাব :-**

হবাও - তুচুঙবা, পি শিন্থবা, প্রার্থনানচিংবা।

**সঞ্চারী :-**

হবাওবা, নির্বেদ, নিংশিংবা অসিনচিংবা।

কনাগুম্বা পণ্ডিতশিংনা ব্রাসল্য রস পুসু মরূওইবা রস অমনি লৌনবসু যাওই। অঙাংবু, মচাবু উবদা মখোযগী চল্লবা মতৌদা পুম্নমকী থস্মোয শুমহৎলি। মসিদগী ব্যসল্যভাব পোক্লকই।

## অলঙ্কার

**ফজববু** পামদবা কনাসু লৈতে। ফিজেৎ চাকচা, যুমলৈ - কৈবৈ, ব্রাহৈ - ব্রাতা, ফজবা হাযবসি মী খুদিংমক পাম্লে। ফোঙদোক্লিবা ব্রাফমদু ফজবা ব্রাঙাং অমদি ব্রাহৈশিংনা ফোঙদোকপদি পুম্নমক্তা পাম্লে। মসি হাযদুনসু কাব্যশিংদা ফজদবা ব্রাহৈ অমত্তা যাওদে হাযজবদি নত্তে। মতম পুম্নমক্তা লূদবা, অর্থীবশিংগী মফম লৈতে হাযজবসু নত্তে। কনাগুম্বনা কবিগুম্বা লৈতেং অমত্তং শিবকপদা লৈতেং অদুদা মিৎযেং হান্না হেক্তা থমলুই। অদুনা লৈতেংদা মীগী পূক্লিং চিংশিনবা ঙম্বগী শক্তি য়াওই। লৈতেং যাওবগা হান্নদগী অমুক্তা হেন্না যেংনিংহল্লি। লৈতেংনা অতোপ্পগী পূক্লিং চিংশিনবগীদমক মীওইবনা লৈতেং শীজিন্নবমলিবনি।

লৈতেংবু হিন্দীদা অলঙ্কার হায়নসু খঙনৈ। সাহিত্যদা ফজব ৱাহৈ ৱাতা, কয়ানা লৈতেংনৈ। ফজবা ৱাহৈশিংনা লৈতেংলবা ৱাঙাংন ভাবপু ফোঙদোক্লগা লাইৱিক লাইশু হৈবশিংনা নুংঙাযজৈ। অদুমকপু ফজব ৱাতানবু লৈতেংলবদি ফজবা কাব্য অমা ওইবে হায়বদি য়াদে। ফজব ফিজেৎ শেংলগা মী অদু মতিক মগুন লৈবা মীনি হায়না খনবা চুমদে। চুঙ- ফিবাল চাবা, শক ফজবা মীশক্তি লৈতেং ইযাও যাওদ্রবসু ফজদুন লৈ। মতৌ অদুগুম্না মপানথোংগী ৱাহৈ লৈতেং যাওদ্রবসু মপুং ফাব বসনা তিল্লবা উক্তিদি কাব্যনি হায়নৈ। বসনা কাব্যগী আত্মা (থৱায) ওইবগা অলঙ্কারনা কাব্যগী হকচাং নি লৌনৈ।

ৱাহৈ লৈতেং ওইবা অলঙ্কারশিংদি মরূওইনা পাবদা, তাবদা অমদি যেংবদা ফজনবা হাপ্পা অলঙ্কারশিংনি। মখোযগী মহুত্তা মদুগা অর্থ মান্ন অতোপ্পা ৱাহৈ হাপলবদি ৱাহৈ লৈতেং ওইবা অলঙ্কারদু মাঙই। মখোযসি ৱাহৈ লৈতেং (শব্দালঙ্কার) কৌনৈ। অদুগা অলঙ্কার খবদি মপানথোং পাবদা, তাবদা অমদি যেংবদা ফজনবা খক খল্লগা হাপ্পা নত্তে। নুংগী ভা (অর্থ) অদু ফজনবগী মিৎয়েংদা হাপ্পনি। অদুগুম্বা ৱাহৈশিং অদুগী মহু মদুগা অর্থ মান্নবা অতোন্না ৱাহৈশিংনা মহুৎ শিন্দুনা হাপলবসু ফজব ভাব (অর্থ) অদুগী গুন্দু কবি'মত্তা হন্দ্রদে।

অদুগুম্বা অর্থদা হেন্না থোৎ - নৌনা ফজনবা হাপ্পা অলঙ্কার অর্থালঙ্কার হায়না খঙনৈ। অনুপ্রাস , যমক , পুনরুক্তবদা ভাস, বুনরুক্তিপ্রকাশ, বীপসা, শ্লেষ, ৱক্রোক্তিনচিংবা অলঙ্কারশিং অসি ৱাহৈ লৈতেং (শব্দালঙ্কার) শিংনি লৌনৈ অদুগা উপমা, প্রতীপ, ব্যক্তিবে রূপক, উৎপ্রেক্ষা, স্মরণ, অপহ্নুতি, ভ্রান্তিমান, সন্দেহ, উল্লেপ, প্রতি স্তুপমা, দৃষ্টান্ত, উদ্দাহরণ নিদর্শনা, অতিশয়োক্তি, তুল্যযোগিতা, অর্থান্তর্ন্যাস, অপ্রস্তুৎ প্রশংসা, বিরোধাভাস, বিষম, অসঙ্গতি অমদি বিভাবনানচিংববু অর্থলঙ্কার ওইনা খঙনৈ। মথক্তা পঞ্জবিবা ৱাহৈ লৈতেং (শব্দালঙ্কার) অমদি অর্থ লৈতেং (অর্থালঙ্কার) শিং খৱসিগী মৱমদা খুদ চাংদমশিংগা লোযননা মথং মথং নৈনজবি।

# শব্দালঙ্কার (ৱাহৈ লৈতেং)

## অনুপ্রাস অলঙ্কার

ৱাহৈ পবেংগী মনুংদা যাওবিবা ৱাহৈশিংদা ব্যঞ্জন মযেক অমা নত্রগা মযেক খবা অমুক্তগী হেন্না মান্নবা মফমদা হাপ্লবসি অনুপ্রাস অলঙ্কাব কৌই। অনুপ্রাস ওইহল্লিবা ব্যঞ্জন মযেকশিংদুগী খোম্থোক (স্বব) চপমান্নদ্রবসু অকাযবা লৈতে, তৌবতদি থমফম ফমদি (মথং- মনাও) মান্নগদবনি। খুদম খবা . -

১। "শিবোই লিলী শকহেনবী",

লৈবাং লক্তৈই অথোইবীনি"।

মথক্কী ৱাহৈ পবেং অহানবদা 'শিবোই' অমদি 'শকহেনবী' হাযবা ৱাহৈশিংদা ৱাহৈগী অহৌ অহৌবদা 'শ' ব্যঞ্জন অনিবক মান্নবা মফমদা থম্বনা অদুগা অনিশুবা পবেংদনা 'লৈবাং' অমদি 'লক্তগী ' হাযবা বাহৈশিংদা 'ল' ব্যঞ্জন মযেকপু মান্নবা অহৌবা মফমদা থমদুনা অনুপ্রাস অলঙ্কাব ওইহল্লি। অনুপ্রাস ওইবিবা 'শ' মযেকশিংদা অমনা ইকাব (ি) যাওবি অমনা চৈতপ অমত্তা যাওদে। লোযননা অনিশুবা পবেংদা 'ল' ব্যঞ্জন মযেকশিংদসু অমনা ঐকাব (ৈ) চৈতপ যাওবি অদুগা অমনা চৈতপ যাওদে। মবম অসিনা মখোযগী স্বব খোম্থোক্তি মান্নদে। অসুম্না চৈতপশিংনা মবম ওইদুনা মখোয়গী খোম্থোক মান্নদবদি অনুপ্রাস অলঙ্কাবদা অকাযবা লৈতে। খুদম অমত্তংগা -

১। চাক চন্দ্রকী চল চল কিবনেং,

২। খেল বগী হৈ জল থলমেং । (প্রঞ্চবটীদগী)

মথক্কী অহানবা ৱাহৈ পবেংদা 'চ' ব্যঞ্জনবু ৱাহৈগী অহানবা মফমশিংদা মান্ননা মবীবক হন্না থমদুনা অদুগা অনিশুবা ৱাহৈ পবেংদা 'ল' মযেকপু অনিশুবা মফমদা অহুম্নক মান্নবা লৈতেং হাপ্লি। কবিতাগী অর্থদি

অসুম্না হনবা য়াই : -

"নীঙথীজবা থাজগী মেঙলবা থাবলনা,

শান্নবি তথক তথক ঈশিং কংফালদা"।

অনুপ্রাসকী মবমদা নীঙশিংগদবদি মান্নবা ব্যঞ্জন মযেকশিংদু ব্রাহৈশিং অহৌবা, অনিশুবা, অহুমশুবা নত্রগা অবোইবদা থমনিংবা মফমদা থ যাই অদুবু মান্নবা মফমদদি ওইহনবা তাই।

অলঙ্কার অসিনা অপাবা, অতাবদা ফজহল্লি, নুংঙাযহল্লি। মৈ কবিশিংনা তোযনা শীজিন্নবা অলঙ্কারনি।

## অনুপ্রাসকী মখল :

অনুপ্রাস অলঙ্কার মখল মঙা থোক্লা খাযদোকই

ছেক, বৃত্তি, শ্রুতি, লাট, অমদি অন্ত্য ।

**ছেকানুপ্রাস** - মযেক অমা নত্রগা মাযেক খর মান্নবা মফমদা অনিব থমগনি । খুদম -

১। তাবি তাম্না নুংশি মপাউ। (মযেক অমগী ছেকা)

২। পুঙম থাঙমদে নংগী ব্রাখল। (মযেক অনিগী ছেক)

৩। নোংমদি নোংমদোন থাজসি মুৎখিনি। (মযেক অনিদগী হেন ছেক)

অহানবা পবেংদা 'ত' মযেকখক্তং অদুগা অনিশুবা পবেংদা 'ঙম' হায মযেক অনি অমসুং অহুমশুবা পবেংদা 'নোংমদ' মযেক অনিদগী হে মান্নবা মফমদা অনিবক অনিবক থম্লি।

**বৃত্তিঅনুপ্রাস** - মযেক অমখক্তা নত্রগা মযেক খবনা ওইববসু ব্রাহৈশিং মান্নবা মফম অনিদগী হেন্না থম্নবদি বৃত্তিঅনুপ্রাস অলঙ্কার ওই।

খুদম -

১। " তাম্না তাবি নুংশি মপাও তাম্নাগী,"

পবেং অসিদা 'ত' মযেকপু মফম অহুমদা মান্নবা

মফমদা থম্বনা বৃত্তিঅনুপ্রাস অলঙ্কার ওইবে।

মথক্তা "চাক চন্দ্রকী চল চল কিবনেং,

খেল রহী হৈ জল থলমেং" হাযবা ৱাহৈ পবেংশিং

অসি বৃত্তিঅনুপ্রাস কী অলঙ্কার নি।

ছেক অমদি বৃত্তি অনুপ্রাস অনিগী খেন্নবিবসি ছেকানুপ্রাসনা ৱাহৈগী মফম অনিদা মান্নবা মযেক নত্রগা মযেক খবা থম্বনি অদুগা বৃত্তি অনুপ্রাসনা মান্নবা মযেক নত্রগা মযেকশিংদু মান্নবা মফমদা অনিবক্তগী হেন্না থম্বনি।

অলঙ্কার অসি হিন্দী অমদি মনিপুরী কবিতাশিংদা তোযনা থেংনৈ। খবা অমদি শেম্বদসু থোইদোক্লা লুনা থোক্তে। অদুবু মসিগী ফজবা গুন্দি ৱাংই। লাযনা ফজবা কলানি।

**নিঙশিংজবা** - ৱাহৈশিংদু পুন্নপ পুন্নপ হন্না হাপ্নবদি অনুপ্রাস অলঙ্কার ওইদ্রে। মদুদি পুনরুক্তি প্রকাস নত্রগা বিপসা অলঙ্কার ওইগনি। অলঙ্কার অসিগী মতাংদা শন্দোক্লা হাযজবকখিগনি।

ছেক অমদি বৃত্তি অনুপ্রাস অলঙ্কার অসি শুপ্নগী পাবদা অমদি ৱাবদা ফজবা মশেক মঙাল অমা ফাওহনজবতনি, থোইদোক্লা অর্থ ভাবকী গুন হেনগৎহনবদি নত্তে, অদুবু লাটানুপ্রাসতি ভাব অমদি অর্থ যাওনা ফজহল্লি।

## লাটানুপ্রাস অলঙ্কার

লাটানুপ্রাসতা অর্থ চপ মান্নবা ৱাহৈ নত্রগা ৱাহৈপবেংদু অনিবক থমই, অদুবু কুপ্পা নৈনদুনা যেংলগা ৱাঙাংশিং অদুগী অর্থ তোংঙান তোংঙাল্লি।

খুদম -

১। "পরাধীন জো জন, নহীং স্বর্গ নরকতা হেতু।

২। পারাধীন জো জন নহীং, স্বর্গ নরকতা হেতু।"

মথক্তা থল্লিবা ৱাহৈ পবেং অনিগী ৱাহৈ পুম্নমক চপ মান্নে অদুগা ৱাহৈশিং অসিগী অর্থসু চপ মান্নে। অদুবু মখোযগী কমাশিংগী মতেংনা পবা পূরী খেন্নবা অর্থ পী।

অহানবা পবেংনা হায়বিবদি,

"মীখা পোল্লবা মহাক্তু স্বর্গ (নুংঙাযবা) ফংলোয মঙোন্দদি নবক্কী নবক ঙাক্তনি। স্বর্গ ফাওবা নবক ওই হায়বনি।

অদুগা অনিশুবা পবেংদা হাযবিবনা -

"মীখা পোন্দ্রবা মহাক্তু নবক ফাওবা স্বর্গ ওই। ব্রাববসু নুংঙায় অসিনি।

**খুদম অমগা য়েংশি : -**

১। পুত সপুত তো কা ধন সঞ্চয ?

২। পুত কপুত তো কা ধন সঞ্চয ?

ব্রাহৈ পবেং অনি অসিদা শুপ্রতগী অহানবা পবেংদা 'সপুত' হাযবা ব্রাহৈগী 'স' মযেক্তুগী মফমদা অনিসুবা পবেংদা 'ক' মযেক্রা শিনবা খক্তনি। অদুবু মখোযগী অর্থদি থোক ওন্ন তৈনৈ।

**অহানবা পবেংগী অর্থদি : -**

ইচা ফববদি কবিগী লন তাঞ্জকনি ? হাযবনি অদুগা অনিশুবা পবেংগী অর্থদি "ইচা ফত্রবদি কৈদৌনবা লন তাঞ্জকনি ? হাযবনি। হাযবগী অর্থদি ইচা ফববদি লন তাল্লুবগী কান্নবা লৈতে, ঐনা তাল্লুদ্রবসু ইচা মানা তাঞ্জগনি হাযর্বনি। অদুগা অনিশুবা পবেংদা হাযবিবনা -

ইচা ফত্রবদি লন তাল্লুবগী কান্নবোই, তাল্লুববসু ইচা মানা অবেম্বদা মাঙহনখিগনি। অসিনি। মনিপুবী লোন্দসু খেন্নবিবসি শুপ্রগী 'ব' গা 'ত্র' গা ব্রাহৈ মচেৎ অনি অসিতনি। অতৈ ব্রাহৈ পুম্নমক চপ মান্নৈ। -

**ইচা ফববদি কবিগী লন তাঞ্জকনি ?**
**ইচা ফত্রবদি কবিগী লন তাঞ্জকনি ?**

যেংবদা চপ মান্ননা উববসু নৈনদুনা যেংবদা মখোযগী অর্থদি পুমখেন খেন্নবা অলঙ্কাব অসি অনুপ্রাস অলঙ্কাবগী মনুংদা খ্বাযদগী ফজবা অলঙ্কাবনি লৌনৈ। মৈতৈ সাহিত্যকাবশিংনা অলঙ্কাব অসি শীজিন্নবদা সাহিত্যগী গুন হেনগৎহনগনি থাজে। লাটানুপ্রাসকী খুদম অমগা লৌবিযু -

১। পীয নিকট জাকে, নহীং ঘাম চান্দনী তাহি।

২। পীয নিকট জাকে নহীং, ঘাম চান্দনী তাহি।

**মণিপুরীদা হায়রগদি** ·  -

১।   নুংশিবনা মনাক্তা লৈববদা মৈশাদুসু থাবল ওল্লি।

২।   নুংশিবনা মনাক্তা লৈত্রবদা, থাবল ফাওবা মৈশা ওল্লি।

মথক্কী হিন্দীগী পবেং অনিগী ৱাহৈ খুদিং চপ মান্নে অদুগা ৱাহৈশিংগী অখসু চপ মান্নে, অদুবু মখোযগী কমানা মখোয়গী অর্থদু ওন্ন তৈনহল্লি। মসিনি লাটানুপ্রাস অলঙ্কাব গী থোইদোক্লা ফজবা গুন। কমানা নত্রগা মযেক অমখক্লা চপ মান্নবা ৱাহৈ ঙাক্তগী ৱাহৈপবেং অনিগী অর্থবু থক-খা ওলহনবা ফজববা অলঙ্কাব নি। মনিপুবীশিংনা থোইদোক্লা পাম্নগনি থাজে। খুদম অমত্তংগা যেংসি  -

অতোপ্পদা কবিগী নীকনি শিববাজদা নীকবগা ?

অতোপ্পদা কবিগী নীকনি শিববাজদা নীকদ্রগা ?

উক্তি অসিনা হায়বিবদি  -

শিববাজদা নীকবগদি পূন্নমক ফংলগনি অতোপ্পদা অমুক নীকবগী কান্নবা লৈত্রে অদুগা শিববাজদা নীকদ্রগা অতোপ্পদা নীকবনা অনিঙবা পূন্নমক ফংবা ঙমলোয কান্নবোই হাযবনি ।

বাহৈ পবেং অনি অসিদা খেন্নবিবসি সুপ্পতগী 'নীকবগা' অমদি 'নীকদ্রগা' হাযবা ৱাহৈশিংগী মনুংদা অহানবা পবেংগী 'ব' মযেক্কী মফমদা অনিশুবা পবেংদা 'দ্র' মযেক্লা শিনবা খক্তনি। অদুবু মখোযগী অর্থদি যাম্না খেন্নে। অসুম্না  -

তীর্থ, ব্রত, সাধনা না কৈদৌননি অহিং নুংথিল হবি বাম শোল্লগদি,

তীর্থ, ব্রত, সাধনা না কৈদৌননি অহিং নুংথিল হবি নাম শোন্দ্রগদি।

মথক্কী উক্তিনা হাযবিবদি  -

অহিং নুংথিল অনিমক্তা হবি নাম শোল্লবদি তীর্থ চৎলুবা, ব্রত তৌবা অমদি সাধানচিংবা তৌকদ্রবসু যাবে অদুগা অমাবোমদা অহিং নুংথিল অনিমক্তা হবিনাম শুকশোল শোন্দ্রবদি তীর্থ চৎলুবা, ব্রত অমদি সাধনা তৌববসু কান্নবোই, হাযবনি।

## যমক অলঙ্কার

যমক্তা ৱাহৈ নত্রগা ৱাহৈপবেংগী চপ মান্নবা শব্দক খবা অমুক্তগী হেন্না হাপই অদুবু যন্ত্ৰদ্‌ যেংবদা মখোযগী অর্থদি পুমথেন থেন্নে। মশক চপ মান্নবা ৱাহৈগী অর্থ অনি নত্রগা অনিদগী হেন্না লৈববদি যমক্তু ফজবে লৌনৈ। মখল অসিগী হৌজপু অভঙ্গপদ যমক কৌই।

১। কনক কনকতেং সৌগুনী মাদক্তা অধিকায,
যা খায়ে বৌবাই ৱা পাযে বৌবাই,।

মথক্তা পীর্জবিবা অহানবা পবেংদা যাওবিবা 'কনক' ৱাহৈ অনিসিগী অর্থ মথংশিংনা 'সনা' অমদি শগোলহিদাক নি। দোহে অসিগী অর্থদি -
সনানা শগোলহিদাক্তগী শব্দক চামা হেন্না মযাই কল্লি। শগোলহিদাক্তি চাকবগা ঙাওর্বনি অদুগা সনাদি খুংনা পাযবতদা ঙাওই। পাবদা অমদি যেংবদা চপ মান্নবা ৱাহৈ অমবু হন্না হন্না হাযবা পুনরুক্তিপ্রকাস অমদি বিপসা অলঙ্কাবনি খল্লি অদুবু অর্থদি তোংঙান তোংঙাল্লি। যমক্কী অর্থসু অনি হাযবনি। খুদম অমগা যেংমিন্নসি -

২। "জীবন-দাযক হৈ ঘন কে সম, জীবন জীবন মেং ঘনশ্যাম হৈ"।
অহান্বা ৱাহৈ 'জীবন' গী অর্থ ঈশিংনি অদুগা অনিশুবা অমদি অহুমশুবদা যাওবিবা 'জীবন ' ৱাহৈশিংগী অর্থদি থৱাযনি। কবিতাশিংগী শন্দোক্লবা অর্থদি -

অমঙবা নোংগী মশক ওইববা ঘনশ্যাম (শ্রীকৃ ষ) না নোংগী মতৌগুম্না ঈশিংগী মশক ওইববা থৱায জীব খুদিংদা পীবিবি । (লৈবিবি) হাযবনি।

যমক অলঙ্কাবনা কবিতাদা থোইদোকপা চমৎকাব পী। মনিপুবী কবিতাদি যমক অলঙ্কাব যাওবা পঙনা থেংনদে। সাধনা তৌদুনা হোংনবদা যাম্না কোম্না থোক্কনি থাজদে।

খুদম অমগা -

১। আঁখ লগতি হৈ তব আঁখ লগতি হী নহীং।

অর্থ - নুংশি মিৎচানবিঙে তুমনিঙবা কৌবা লৈতে। আঁখ লগতি গী অর্থ অনি নি । অমনা নুংশিনবা নত্রগা নুংশি মিৎচানবা অদুগা অমনা তুমনিঙ্বানি।

নিংশিংজবা - মথক্তা হায়খিবা ছেকানুপ্রাস, বৃত্তি অনুপ্রাস অমদি যমক অলঙ্কাবশিং অসি অমগা অমগা ইমান মান্নবগুম তৌই। মখোযগী খেন্নবিবসি শম্না হায়ববদা ১) ছেকা অমদি বৃত্তিঅনুপ্রাসনা মযেক্কী হঞ্জিন হঞ্জিন মান্নবা মফমদা হাপ্পনি।

২) লাটানুপ্রাসনা মান্নবা ৱাহৈ অমদি ৱাহৈপবেংনা হন্না হন্না হাপ্পনি অমদি ৱাহৈ পবেংনা হন্না লাকপনি, অদুবু মখোযগী অর্থদি ৱাহৈ পবেং অমগা অমগা খেন্নে।

## পুনরুক্তবদাভাস

ৱাহৈদি তোংঙান তোংঙানবা অদুগা অর্থদি অমত্তা ওইবা ৱাহৈ কয়া পুন্না থম্বা, চপ মান্নবা ৱাহৈশিং থম্নগুম খনবা, অদুবু মখোযগী অর্থদি তশেংনা খেন্নবা, অদু পুনরুক্তাবদাভাস অলঙ্কাবনি ।

খুদম -

১। "পুনি ফিবি বাম নিকট সো গঈ।"

বাহৈ পবেং অসিদা 'পুনি' অমদি 'ফিবি' হায়বা ৱাহৈশিং অসিগী অর্থ চপ মান্নবগুম খল্লবসু মান্নদে। মতাং অসিদা 'পুনি' গী অর্থ 'অমুকহন্না' হায়বনি অদুগা 'ফিবি' গী অর্থনা 'হল্লক্লুনা' হায়বনি।

বাহৈপবেংগী অর্থদি - 'অমুক হল্লক্লুনা বামগী মনাক্তা তুমখ্রে।" হায়বনি। মান্নবগী মঙান্দি ফাওহল্লগা মান্নবদি নত্তবা পুনরুক্তাবদাভাস অলঙ্কাবনি। অনিশুবা খুদম অমগা যেংসি -

২। "তল মধ্য অনল স্ফোটসে ভুকম্পা হোতা হৈ নহীং
হোতে বিকম্পিতসে নহীং ক্যা অচল ভূধব ভী ব্রহাং '' "

মথক্কী ৱাহৈপবেং অসিদা যাওবিবা 'অচল' অমদি 'ভুধব' ৱাহৈ অনিমক চীঙ' গী অর্থ লৌবা যাবা পার্যাযৱাচক ওইবা ৱাহৈশিংনি। মবম অসিনা পুনরুক্তি প্রকাশগুম হন্না হন্না হায়বা মাল্লি অদুবু মুন্না খন্দুনা যেংলগা 'অচল' গী অর্থদি 'লেঙদবা' হায়না লৌগনি অদুগা 'ভুধব' গী অর্থনা 'চীঙ' হায়না লৌগনি। মবম অসিনা পুনরুক্তাবদাভাস ওইবে।

**মথক্কী কবিতাগী অর্থদি : -**

লৈনুংদা মৈ পোকখাযবক্তুনা ভুকম্পা তৌবা মফমদা,

নিক্তববা লেঙদ্রবা চীঙজাওদু মফমদুগী ?" হায়বনি।

খুদম অমত্তংগা থমজগে -

৩। "বক্ত - পুষ্পা মঙ্গৱাইয়ে লাল, সুমনসে অব বিলম্ব "। ৱাহৈ পবেং অসিদা 'বক্তপুষ্পা' গী অর্থদি অঙাংবা লৈ' হাযবনি । অদুগা 'লাল' ৱাহৈগী অর্থনা অঙাংবগী মহুত্তা 'নুংশি থোইবা' গী অর্থনি । মবম অসিনা বক্তপুষ্পা অমদি 'লাল' দা মান্নবগুম খল্লবসু মান্নদে, হন্না হন্না হাযবগুম নিঙলবসু হনবা নত্তে। হন্না হাযবগী মঙাল ফাওহল্লিবা পুনকক্তাবদাভাস অলঙ্কাবনি । কবিতা অসিনা ফোংদোক্লিবদি -

"হে নুংশিথোইবা ! পুক্নিং হবাও হবাওনা অঙাংবা লৈবাংদু থুনা পুহনবিবকউ।" হাযবনি।

খুদম অমাগা যেংসি -

"অলী ভৌব গুঞ্জন লগে, হোন লগে দল পাত,
জহাঁ তহাঁ ফুলৈ কখ তক প্রিয় প্রীযতম কিমি জাত ?"

উক্তি অসিদা যাওবিবা - "অলী ভৌব, দল পাত, প্রিয় পীতম " ৱাহৈশিং অসি অর্থ মান্নবা ৱাহৈশিং থংন থংননা হাপ্লগুম খল্লি অদুনা হনজিনবগী মঙাল অমা ফাওই অদুবু মান্নবা ৱাহৈশিং হজিন্না হাপ্পা নত্তে, মখোযগী অর্থ অমগা অমগা খেন্নে। মবম অসিনা পুনকক্তৱদাভাস নি।

"অলী ভৌব" গী অর্থদি 'ইতা' অমদি 'খোইমু' নি। 'দলপাত' কী অর্থনা - 'উনা কেল্লে' হাযবনি, অদুগা 'প্রিয় প্রীতম' গী অর্থদি নুংশিথোইববা নুংশিবা' হাযবনি। উক্তি অসিনা হাযবিবদি - 'ইতা খোইমুশিংনা ঙংলবে, উনা - ৱানা কেল্লক্লে, লৈবাংশিংসু শাৎলক্লে মাযকৈ খুদিং কংলুববা পামেলশিংদা, মতৌ কবম চৎকনি নুংশিথোইববা নুংশিবনা ? (ইবুংঙোনা)

"ভাসতিহৈ পুনকক্তিসী নহিং নিদান পুনকক্তি ।
ৱদাভাস পুনকক্তি সো, ভূষণ ভনত জুক্তি।
(শিববাজ ভূষণ)

অলঙ্কাব মখল অসি মনিপুবী কবিতাশিংদা থোইদোক্লা থেংনদ্রি। কবিগী ৱাহৈ লৈতেং শেম্বদা হৈশিংবা উৎপা যাবা মশক থোকপা অলঙ্কাবনি ।

## পুনরুক্তি প্রকাশ

অর্থ মান্নবগুম তৌবা অদুগা তশেংনদি মান্নদবা ৱাহৈশিংনা লৈতেংবদি পুনরুক্তবদাভাস অলঙ্কারনি। অদুগা অর্থ মান্নবা ৱাহৈ অমত্তনা অনিবক নত্রগা অনিবক্তগী হেন্না অর্থ ফজনবা হাপ্লবদি পুনরুক্তিপ্রকাশ অলঙ্কারনি। খুদম -

১। "মালংনা লিবি লিবি হুন্নকলি।"

২। "নাশোন পিক্লা পিক্লা লেঙ্‌লক্লে বাধা তপ্না তপ্না।"

মথক্কী ৱাহৈশিংদা "লিবি লিবি" পিক্লা পিক্লা অমদি তপ্না তপ্না হায়বা অনিবক অনিবক হন্দুনা হাপ্লিবা ৱাহৈশিং অসি চপ চপ মান্নবা ঙাক্তনি। চুম্নগী অর্থদু খবা হেন্না থোৎ নৌনা ফজনবা হনজিন হনজিন হাপ্পনি। অলঙ্কার মখল অসিদি মনিপুরী সাহিত্যদা যাম্না মবাং কাযনা শীজিন্নরি। মী খুদিংমক্লা তোযনা শীজিন্নবা, পুম্নমক্লা খঙনববা অলঙ্কার ওইবনা মখা তানা ইজদ্রে।

## বীপ্সা অলঙ্কার

শুপ্নগী অলঙ্কার ফজনবা নত্তবা, ইকাইবা, থৌনা, ইকাইখুম্নবা, অঙকপা, অৱাবা, অশাউবা, তুকচ্চবনচিংবা থস্মোয়গী, অমদি পুক্লিং ঈথিনশিং ফোঙদোক্লবগীদমক ৱাহৈ খবা হন্না হন্না হাপ্তুনা শীজিন্নবদি বীপসা অলঙ্কার নি। খুদম খবা -

১। থাং শৎ শৎ শত্তোক্লে। (থৌনা ১দি শাউবা ফোংদোক্লবা)

২। পিবাং শিন্থু শিন্থু যেংহৌই। (ৱাবা ১দি নিঙমদবা)

৩। তিন থো থো শিৎচিল্লি। (তুকচ্চবা)

৪। কৈ উবদা মশা থক থক নিকই। (কিবা ফোংদোকপা)

৫। হুবে ! হুবে ! অদুদি কমদৌনি ! (অঙকপা)

মথক্কী হনজিন হনজিন হাপ্লিবা ৱাহৈশিং অসি পাব নুংঙাযনবা অর্থ ফজনবা হাপ্পা পুনুরুক্তিপ্রকাশ অলঙ্কার নত্তে, পুক্লিং ইথিন ফোংদোক্ল বা হাপ্লিবা বীপসা অলঙ্কার নি ।

খঙহন্নবা -

পুনরুক্তিপ্রকাশ অমদি বীপসা অলঙ্কার অনিগী মওং - মতৌ চপ মান্নে কবিগুম্বা ৱাহৈশিং অদু হঞ্জিন হঞ্জিন হাপ্পা ঙাক্তনি। মখোযগী খেন্নবসি পুনরুক্তিপ্রকাশনা পাবদা তাবদা অর্থদা হেন্না ফজনবা চম্লা হাপ্পনি, লৈতেংনি অদুগা বীপ্সা অলঙ্কারদি পুক্নিংগী ঈথিন বন্না ফোংদোক্লবা হাপনি।

**বীপ্সাগী খুদম খরা : -**

১। <u>হাযবিযু</u> <u>হাযবিযু</u> কবি ৱাফমনো ? (ইকাই খুম্না উৎপা)

২। <u>হুবে</u> <u>হুবে</u> পুল্লোয লোযবেদনা ! (অঙকপা)

৩। মিৎ <u>খাজোক</u> <u>খাজোক</u> যেংনৈ । (শাউনবা)

৪। কিবনা <u>থক</u> <u>থক</u> নিকই । (কিবা)

৫। <u>হাৎলু</u> <u>হাৎলু</u> হুবানবদু <u>হাৎলু</u> । (শাউবা)

৬। কিশি <u>তাপ</u> <u>তাপ</u> শেৎনৈ, মপামবোম ফি <u>মৰৈ</u> <u>মৰৈ</u> তাখৎনৈ।(থৌনা)

৭। মযা <u>ক্রক</u> <u>ক্রক</u> চিক্লা খাঙই । (শাউবা) (থৌনা)

৮। মিহুনসে <u>তিঙ</u> <u>তিঙ</u> চোংই । (থৱায ৱাবা)

## শ্লেষ অলঙ্কার

কবিগুম্বা ৱাহৈ অমবু অমুক্তং হাপ্পা অদুগা মদুগী অর্থদি অনি নত্রগা অনিদগী হেন্না লৌববদি শ্লেষ অলঙ্কারনি। যমক্তি মান্নবা ৱাহৈ অমবু অনিবক হাপ্পুনা তোংঙান তোংঙানবা অর্থ পুথোকপনি। শ্লেষকী অর্থদি 'নপ্পুনা লৈবা ' হাযবনি। শীজিন্নবিবা ৱাহৈ অমখক্তং অদুদা অর্থ অনি নত্রগা অনিদগী হেন্না নপ্পুনা যাওবি হাযবনি। শ্লেষ ৱাহৈ মখল অনি থোকই - ৱাহৈ শ্লেষ অমদি অর্থ শ্লেষ।

ৱাহৈ শ্লেষতা ৱাহৈ অদুগী অর্থ মান্নবা অতোপ্পা ৱাহৈ মহুৎ শিন্দুনা হাপ্লদি শ্লেষ ওইদে। অদুবু অর্থ শ্লেষতদি ৱাহৈশিংগী অর্থ অমখক্তং ওই। মদুনা অনি নত্রগা অনিদগী হেনবা মাযকৈদা অর্থ লৌবা যাই, ৱাহৈ অদুগা অর্থ মান্নবা অতোপ্পা ৱাহৈনা মহুৎ শিল্লবসু অর্থদু কাযদনা লৌবা যাই। হাযবদি শ্লেষ অদু কাযদে।

শ্লেষ অলঙ্কারদি কবিগুম্বা ৱাহৈগী অর্থ অদু মাযকৈ অনিমক্তা মান্নবা মিৎযেং থল্লগা শীজিন্নববতদা ওই। খুদম -

১। "বিপুল ধন অনেকোং বস্ত্র হো সাথ লাযে,
প্রিতম ! বতলা দো লাল মেবা কহাঁ হৈ?"

উক্তি অসিদা যাওবিবা 'লাল' ৱাহৈগী অর্থ অনি নি, অমনা 'ইচা' হাযবনি অদুগা অমনা 'মণিমুক্তা' হাযবনি। মবম অসিনা শ্লেষ ওই।

উক্তিগী অর্থদি -

ক) মখল মখা যাম্লবা মনিমুক্তাশিং পুবকখিবা নুংশিথোইবা তাকউ ঐগী ইচাদু কৈদ লৈবগে ?

খ) মখল মখা যাম্লবা মনিমুক্তাশিং পুবকখিবা নুংশিথোইববা, তাকউ ঐগী মনিমুক্তাদো কৈদ লৈবগে ?

২। "জো বহীম গতি দীপকৈ, কুল কপুতকৈ সোই।
বারে উজিযাবো করৈ , বড়ে অন্ধেরো হোই।।"

দোহে অসিগী ৱাহৈ 'বারে' গী অর্থ অনিনি, অমনা অঙাং ওইবিঙৈ অমদি চুখৎপা। বঢে ৱাহৈগীসু মুৎলগা অমদি চাউবগা হাযবা অর্থ অনিসি হনগনি। দোহে অসিনা হাযবিবদি -

"বহীম ঐনা হাযজবি শাগেগী ফত্তবা মচাদি থাউমৈগী থৌওংনি। চুখৎলগা ঙাল্লি, মুৎথ্রগা মম্মী , হাযবগী অর্থদি থাউমৈনা চুখৎপদদি ঙাল্লি অদুগা মুৎথ্রগদি মম্মী মতৌ অদুগুম্না শাগেগী ফত্তবা মচাসু পোক্লকপদা হবাওনৈ অদুগা চাউবক্লগদি শাগেদু চেইন্থে, মাঙহল্লি। অসিনি । বারে অমদি 'বঢে' ৱাহৈশিংনা শ্লেষ (অর্থ অনি) ওইবনা দোহে অসিদা শ্লেষ অলঙ্কারগী ফজবা মশক উৎলি। খুদম অমগা যেংশি -

৩। "সেবা অনুকপ ফল দেত ভুপ কুপ জ্যোং,
বিন গুণ পথিক পিযাসে জাত পথকে।"

কবিতা অসিদা যাওবিবা ৱাহৈ 'গুণ' গী অর্থ অনিনি অমনা 'থৌবী' অমনা মীগী 'গুণ'নি। অর্থ অনিগী শ্লেষ ওই।

অর্থদি -

নিংথৌ অমদি গুহা অমহানি, মা মানা তৌজব্বা সেবা, ব্যবহাবগী মতুংইন্না মহে পীবি। গুণ যাওদ্রবদি (হাযবদি নিংথৌ অমগী মফমদা কবি কবম্বা লমচৎ ব্যবহাব তৌগদগে হাযবা খঙদ্রবদি) অবাম থৌবাংলবা লংফে চৎপা মহাক্লা নিংথৌদগী কবি'মত্তা ফংলোয। খঙলগদি নিংথৌনা মঙোন্দ দবকাব ওইবা পূন্নমক পীবিগনি অমবোমদা গুহাসু অদু মঙাই ঈশিং চিংখৎনবা থৌবী যাওদ্রবদি লংফে চৎপা মহাক্লা গুহাদগী ঈশিং ফংলবোই। গুণ যাওববদি (থৌবী যাওববদি) ঈশিং চিংখত্তুনা গুহাদগী ঈশিং থকচবা ফংগনি। অসুম্না দোহে অসিদা নিংথৌ অমদি গুহাবু চপ মান্নবা লমচৎ ওইবা ঙাক্তনি হাযবা ৱাঙাংশিংদা 'গুণ' হাযবা শ্লেষ ওইবা ৱাহৈ সিনা নিংথীজনা ফোঙদোক্লি। অসুম্না শ্লেষ অলঙ্কাব শীজিন্নদুনা তেল্লবা উক্তি অমনা পাক চাওববা অর্থ কযা ফোঙদোক্লে।

**খুদম অমত্তংগা : -**

৪। "চবণ ধবত বাব বাব দেখত কবি, ব্যভিচাবী, চোব।"

অর্থ - " মখোঙ থাংবদা হন্না হন্না যেংই কবি, নুপীকোইবা নুপা হুবানবা।"

উক্তি অসিগী অর্থ অহুম্লক হল্লি । কবিগী অর্থ অমা, নুপী কোইগনবা নুপাগী অমা, হুবানবগী অমা।

"চবণ ধবত ৱাহৈসি শ্লেষ ৱাহৈ ওইবদগী অর্থ অহুম্লক হল্লিবনি' উক্তি অসিনা হাযবিবদি -

**অহানবা অর্থ** - কবিনা মখোঙ থাংবদা (ৱাহৈ অমদি ৱাহৈ পবেং শেম্বদা) হন্না হন্না যেংই। যাবব্রা যাদ্রিব্রা ? ফজবব্রা ফজদ্রিব্রা হায়না।

**অনিশুবা অর্থ** . - ব্যভিচাবী (নুপী কোইগনবা নুপা) না মখোঙ থাংবদা হন্না হন্না য়েংই। অতোপ্পা মী, মপা মমা, মবুং নচিংবা উবক্কদ্র হাযনা তুং মাঙ, নাক যেৎ, হন্না হন্না যেংই।

**অহুমশুবা অর্থ** - চোব (হুবানবা)না মখোঙ থাংবদা হন্না হন্না, মুন্না মুন্না, চেকশিন্না যেংই। মবমদি নেৎলুবদা মখোল হৌনা থোক্লক্কদবা অকংবা পোৎ চৈ লৈব্রা? তুম্লিবা মীশিংদু নাশোন তাখিদনবা অমদি মী পোং লাকপ্রা হাযবা যাম্না চিংননা অমদি চেকশিন্না মখোঙ তপ্না তপ্না থাংই হাযবনি। মতৌ অসুম্না পাক শন্নবা ৱাফম্দু পিন্নবা ৱাঙাং অমনা ফোঙদোকপা ঙম্বা, ৱাহৈ অমদা অর্থ কযামকুম লোত্তুনা পুবা থোইদোক্না ফজববা শ্লেষ অলঙ্কাবনি। অলঙ্কাব অসি মৈতৈ অশৈবশিংনা মনিপুবী লোন্দা মতাং চানা শীজিন্নববদি ফজবা হেনগৎহনগনি থাজে।

খুদম খবগা যেংমিন্নসি -

"বাবন - সিব - সবোজ - বন চাবী,
চলি বঘুবীব সিলীমুখ ধাবী।"

মফম অসিদা "বাবন - সিব - সবোজ - বন" - বাবনগী কোক্কী থম্বাল বন হাযবসিদা "সিব - সবোজ 'কোক - থম্বাল' দা কপক অলঙ্কাব নি। শলীমুখ গী অর্থ অনিনি। অমনা 'তেন' অমনা 'খোইমু' নি। মবম অসিনা 'শলীমুখ' ৱাহৈ অসি শ্লেষ নি। ৱাহৈ পবেং অসিদা শ্লেষ অলঙ্কাবদা কপক অলঙ্কাবনা তাংজবি। শ্লেষ কী ৱাহৈ অসি যাওদ্রবদি কান্নদবা কপক ওইবমগনি।

মথক্কী উক্তিগী অর্থদি -

"বাবন কোক্কী থম্বাল বন্দা

পাইশিনখ্রে বামগী তেনযাম খোইমুশিংনা। হাযবনি।বাবনগী মকোকতা খোইমু মযাম পাইশিনখ্রে হাযববসু যাদ্রি, পকচদ্রি অদুগা বাবন মকোক থম্বালদা বামগী তেন মযাম পাইশিনখ্রে হাযবসু পকচদে, ফজদে। মবম অসিনা বাবন মকোক থম্বাল বন্দা (শিলীমুখ) খোইমুগী মশক ওইববা তেনযাম পাইশিনখ্রে হাযবসিদা উক্তিসিগী মশক হাযনিঙায লৈতনা ফজহল্লি। অর্থশ্লেষকী মশক থোকহল্লি।

## ৱক্রোক্তি অলঙ্কাৰ

কনাগুম্বগী ৱাঙাংবু ৱাফম অদুগী খেন্নবা নত্রগা নাথৈদুনা অর্থ লৌনবা কল্পনা তৌবা নত্রগ' লৌননবা থৌবাংলবদি ৱক্রোক্তি অলঙ্কাৰ নি। কবিগুম্বদা ৱাহৈ অদুগী অর্থ অনি (শ্লেষ ওইবা) লৈবদগী অর্থ কয়া লৌবা যাবদগী অতোপ্পা অর্থ লৌনৈ অদুগা ঙাংলিবা মীগী খোম্থোক্তগী অতোপ্পা অর্থ লৌনখিবসু। ৱক্রগী অর্থদি 'খোযবা' নি। হায়বিবা ৱাফমবু লৈথোক লৈশিন তৌদুনা অতোপ্পা অর্থ লৌবনি। খুদম -

১। "এক কবুতৱ দেখ হাথমেং পূছা অপৱ কহাঁ হৈ?"
উসনে কহা অপৱ কৈসা ? উড হৈ গযা সপৱ হৈ "

মনিপুৰী - -

১। "খুত্তা খুনু অমা পাযবদু উবদা হংলকই অতোপ্পাদু কদাযদা লৈ?
কদাযদগী মশা পান্দ্রিবা মশা পাল্লিবসিদি পাইখ্রে যেংউ।"

মফম অসিদা 'অপৱ' ৱাহৈগী অর্থ অনিনি। অমনা 'অতোপ্পা' অদুগা অমনা 'মশাপান্দবা' ৱা হংলিবদি 'অতোপ্পা' অমদু কদাযদা লৈ ? হাযনা হংবনি। অদুবু তাবিবনা 'মশাপান্দবা' হাযবনি হাযনা লৌবে। মশা পান্দবা খুনুদু কদাযদা লৈ হাযনা হংলি হাযনা লৌবগা কবিগী মশা পান্দনি ? মশা পাল্লিবসিনি যেংউ হাযবগা হুৎ লংখক্লুনা পাইহনখি হাযবনি।

মফম অসিদা ৱাহৈ অমগী অর্থ অনি লৈবগী খুদোংচাবা লৌবগা অতোপ্পা অর্থ বোমদা থৈনা লৌবগা ঙাংবা ৱক্রোক্তি নি। মনিপুৰীদসু অসিগুম্বা ৱক্রোক্তি অসি তোযনা শীজিন্নবা থেংনৈ। খুদম -

"ভাঈ ! নহাক লৌ উববা ?"
"খবদা নত্তে, লৌদি যাম্না উইনা, ঐখোযগী যুমদগী যেংখিবদা লৌগী - লৌ ঙাক্তা উই"।

মফমসিদা 'লৌ উব্রা' হাযবগী অর্থদি হংলিবগী ৱাখলদি লৌ শুব্রা ? হায়বনি। খুন্নিবনা মিংনা লৌ উবা ফংব্রা হাযনা হংবনি হাযববোমদা অর্থ লৌবগা খুন্নকপনি। কনাগুম্বা মকপ অমনা মকপ অমদা হাযবকই -

'ঙসিদি ঐখোযগীদা লেক্লসি''।

''লেক্লনবা চুহিবু লৈব্রনে ?

মফমসিদা 'লেকপা' ৱাহৈগী অর্থ অনি 'যাবেকপা' অমদি 'লৈনা অচাপোৎ লেকপা,' হাযবিবনা যানেকখো হাযবনি অদগা লৌবিবনা লৈনা অচাপোৎ লেকপবোমদা খুন্নকপনি।

শাউদুনা ওইনদুনা লৈবিবা বাধিকাগী নাক্তা কৃষ্ণনা লাক্তুনা থোঙ থিন্দুনা হাংদোক্লবা ইঙ্গিত তৌবকই ।

বাধা - 'কনা ওইববনো ?'

কৃষ্ণ - 'ঘণশ্যাম ।'

ঘণশ্যামগী অর্থ অমদি 'অমঙবা নোং' নি ।

বাধিকানা -

''(নোং) ওইববদি মফম কৈদনো চৎলগা চুকবোদনা ? মফম অসিদদি নোংগী থোইদোকপা দবকাব লৈতেনা।''

অসুম্না ঙাংলিবা ৱাফমগী অর্থদু খোযনা, থৈদোক্তুনা অমবোমদা লৌববু ৱক্রোক্তি অলঙ্কাব কৌই।

## অর্থালঙ্কাব

কবিগুম্বা উক্তি অমবু কবিগুম্বা ৱাহৈ খবনা ফজহল্লি। অদুগুম্বা ৱাহৈশিংদু লৌথোকখ্রগা মদুগী মহুত্তা মদুগা অর্থ মান্নবা অতোপ্পা ৱাহৈনা শিল্লবদি উক্তি অদুগী ফজবা শব্দালঙ্কাবদু মাঙখি। মবম অসিনা মপান থোংগী লৈতেং ওইবিবা শব্দালঙ্কাববু মফম মতম পূম্নমক্তা অথোইবনি লৌনদে। থোইদোকপা ৱাহৈ খবখক্তদা তাংজদুনা লৈতবা অলঙ্কাববু পাম্লে। অর্থালঙ্কাবদি উক্তিদা হাপ্লিবা ৱাহৈশিংগী মথা পোন্দে, মখোযগী ফজবা থোৎ নৌবা অর্থদা লৈ। অর্থালঙ্কাবদি অর্থ ফজবদা মপুং ওই। অর্থালঙ্কাবদি বুদ্ধিদা মমি তাই।

খুদম খরা পীজরক্কে : -

## মান্নবদা মপুং ওইবা অর্থালঙ্কার : -

## উপমা

অমগা অমগা মান্নবা অমদি চাংদম্নবদা অর্থালঙ্কারগী মনুংদা উপমালঙ্কার খ্বাযদগী মব ওইবা অলঙ্কারনি। ঐখোযনা কবিগুপ্তা মীশক নত্রগা পোৎশক অমগা চাংদম্নবা মতমদা মীশক নত্রগা পোৎশক অদুদগী খরা হেনবা উপমান (চাংদম্নফম ওইবা) অমগা চাংদম্নে। মদুনা চাংদমনবিবা মীশক নত্রগা পোৎশক অদুগী শক, গুণ থৌগৎলি। শক চু, মওং মতৌ, গুণশিংদু অমগা অমগা মান্নবদা মীওইবনা চাংদম্নে। মযাম অসিগী মনুংদা অমগা অমগা মান্নবা শব্দক অমত্তং যাওববদি চাংদম্নবসি তৌনৈ।

পোৎশক নত্রগা মীশক অনিদা হিবম মযামদা মান্নববদি চাংদম্নবদা হেন্না ফজহল্লি। "রূপ রঙ্গ গুণ কাহুকো কাহুকে অনুসার তাকো 'উপমা' কহতে হৈং জৈ সুবুদ্ধি আগার (অলঙ্কার মঞ্জুষা)
উপমাগী অর্থসু নক্না ওনবনি (নাপ লৌবা) হাযর্বনি । অনিবু নকশিন্না থম্লগা চাংদম তৌর্বনি। খুদম -

**"ললিতাসে থোইবীগা মান্ননা ফজৈ।"**

ব্রাহৈপবেং অসিদা ললিতাগী শক ফজবগী মবমদা হাযবনি। ললিতাগী ফজববু খরা হেন্না থৈগত্তুনা হাযনিঙবদগী মপা লৈতনা ফজৈ হাযনা লৌনখিবী থোইবীগা চাংদম্নবনি। থোইবীগা মান্ননা ফজৈ হাযবসিনা ললিতাগী ফজবদু হেন্না থৌগৎলি। 'ললিতা যাম্না ফজৈ' অসুম্না হাযববদি ললিতাগী ফজবসি অদুক হক্না ফজৈ লৌবোই।

## কুচ্চু কুমেন চাংদম্নবদসু : -

'লতাগী কুচ্চুদি ফুদোংলবা সনাগী মচুগা মান্নে।'গুণ মশেল চাংদম্নবদসু - লতাদি সীতাগা মান্ননা মপুবোইববু নীঙজবীনি। অসুম্না চাংদম্নবিবসি 'উপমালঙ্কার নি'। 'ললিতা থোইবীগা মান্ননা ফজৈ'। ব্রাহৈ পবেংসি শকক মবী থোক্না খাযদোকপা যাই।

১। ললিতা - মক্তওইবা চাংদম্নবিবা হিবম । (উপমেয)
২। থোইবী - পুথোবক্লিবা হিবম নত্রগা পোংশক্তা চাংদম্নফম ওইবিবা। (উপমান)
৩। মান্নবা - পোংশক অনি চাংদম তৌবিবা ব্রাহৈ (ব্রাচক)
৪। ফজে - ললিতাগা থোইবীগা মান্নে হাযনা চাংদম্নবিবা গুন (ধর্ম)

চাংদম্নগদবগী পুথোবক্লিবা চাংদম্নবিবা পোংশকপু উপমেয কৌই। (মথক্কী ললিতা)

চাংদম্নবিবা গুন মখলদু সাধাবণ ধর্ম কৌই।
(মথক্কী চাংদম্নবদা - ফজে হাযবা ব্রাহৈ)

চাংদম ফোংদোক্লিবা ব্রাহৈবু ব্রাচক কৌই।
(মথক্কী চাংদম্নবদা 'মান্নে' হাযবা ব্রাহৈ)

## লুপ্তোপমা

পূর্ণোপমালঙ্কাব অদুদা মথক্তা পঞ্জবিবা শকক মবী অসিমক লোযনা পুন্না ফংলকপা চাংদম্নবা ওইববদি 'পুর্নোপমালঙ্কাব'নি। অদুগা কবিগুম্না মযাম অসিগী মনুংদগী শকক অমা বাংলবদি লুপ্তোপমা ওই। 'ললিতা থোইবীগা মান্নে' হায়ুম্না হাযববদি সাধা বণ ধর্ম হাযনা খঙনবিবা 'ফজে ' হায়বা শব্দকশি যাওদ্রে। মবম অসিনা 'লুপ্তোপমা ' ওইবে। উপমাগী শকক মবীগী মনুংদগী অমত্তং ব্রাৎপদা ব্রাৎলীবা শকক অদুগী মমিং লৌদুনা - উপমেয লুপ্তোপমা নত্রগা উপমান লুপ্তোপমা, নত্রগা সাধাবন ধর্ম লুপ্তোপমা নত্রগা ব্রাচক লুপ্তোপমা হাযগনি। শম্না অব্রাৎপা শকক্কী মমিংদু লৌই। খুদম

১। বধিকা নোংগৌবীগা মান্নবে । ব্রাহৈ পবেং অসিদা
বাধিকা উপমেযনি , (চাংদম্নবিবা)
নোংগৌবী - উপমাননি , (চাংদম্নফম ওইবিবা)
মান্নবে - ব্রাচক (পোংশক অনিগী মান্নবা ফোংদোক্লিবা)

ব্রাঙাং অসিদা সধাবনধর্ম (গুন) যাওদ্রে। মবম অসিনা সাধাবন ধর্ম লুপ্তোপমা ওইবে।

২। নোংশাগা মান্নবা থৌনা। হাযবসিদা -

নোংশা - উপমান

মান্নবা - ব্ৰাচক

থৌনা - সাধাবন ধৰ্ম (গুন)

মফম অসিদা উপমেয ওইবিবা মীশক নত্রগা জীবদু য়াওদে। মবম অসিনা 'উপমেয লুপ্তোপমা' ওইবে।

৩। 'বামগী ফজবা মুর্ত্তিদি নোংশানি' ব্ৰাঙাংসিদা

বামগী মুৰ্ত্তি - উপমেযনি।

নোংশা - উপমান নি।

ফজবা - সাধাবন ধৰ্ম নি।

মফম অসিদা 'মান্নবা' হাযবা ব্ৰাচক ব্ৰাহে যাওদ্রে। মবম অসিনা ব্ৰাচকলুপ্তোপমা ওইবে।

## মালোপমা অলঙ্কাব

কবি কবিগুন্নদা পোৎশক অমখক্তা অতোপ্পা পোৎশক কযাগা চাংদম্নববদি মালোপমা কৌই। খুদম -

১। "শামুগী, খম্ভ্রাংচাক্কী, কাংঙাগী খোঙথাঙ্গা মান্নে বাধিকাগী খোঙথাং।"

২। "খম্ভ্রাংচাকুম, ঙাগুম, শজী অমোমগুম তথক তথকপীনি বাধিকাগী মিৎস্রা।"

মথক্কী খুদম অহান্বদা বাধিকাগী খোঙথাং উপযেয' না উপমান ওইবিবা শামু,খম্ভ্রাংচাক, কাংঙগী খোঙথাংশিঙ্গা চাংদম্নবি। অদুগা অনিশুবা খুদমদনা উপমান ওইবিবা খম্ভ্রাংচাক, ঙা, অমদি শজী অমোমগা উপমেয় ওইবিবা বাধিকাগী মিৎস্রাগা পবেং শানা চাংদম্নবি। মবম অসিনা মালোপমা অলঙ্কাব ওইবে।

"জহাঁ এক উপমেয কো হোত বহুত উপমান
তহাঁ কহত মালোপমা কবি মতিবাম সুজান।" (ললিত ললাম)

খুদম অমত্তংগা -

"থৱায যাওদ্রবা হকচাং, থা থোক্রবা অহিং, ঈশিং কংলবা
পুখ্রিগা পাংখক্রি মপুবোইবা লৈত্রবী নুজাগা।"

অসুম্না তোংঙান তোংঙানবা গুন মযাম্বু উপমেয অমত্তদা হাপচিন্দুনা চাংদম্ন বদি ভিন্নধর্ম মালোপমা ওই।

খুদম -

১। "নোংশাগুম থৌনা ফবা, নুংপাকুম অখাঙকনবা, লাইজগুম
ঈংবা, ঋষীগুম ধর্মচেনবা, ঈশ্বরগুম থৌজালহৈবা মহাক্রি।"

মথক্কী খুদম অসিদা মহাক হাযবিবা কনাগুম্বা মীশক উপমেয অমখক্কী গুন (ধর্ম) বু তোংঙান তোংঙানবা উপমান কযাগী খেন্ন খেন্নববা গুনশিংগা চাংদম্নবি। মবম অসিনা ভিন্নধর্ম মালোপমা ওইবে।

## বসনোপমা নত্রগা গমনোপমা

হান্না উপমেয (চাংদম্মবিবা পোৎশক) ওইবম্বা অদুনা মথংদা উপমান (চাংদম্নফম ওইবা পোৎশক) অমুক ওইববা অদুগা উপমান অদুমক্কা অমুক উপমেয ওইদুনা মথং মথং ওনথাং ওনশিন তৌনদুনা চৎথববদি বসনোপমা নত্রগা গমনোপমা অলঙ্কার কৌই। খুদম .--

১। "খুম্না ঈশিংদা তুমবগুম, তিল্লি ঈশিংনা শঙ্গোমদা
২। ঐগী বুদ্বি ঐগী পূক্লিংদা তিনখ্রে, অদুগা ঐগী পূক্লিং তিনখ্রে
কৃষ্ণদা।"

## উপমেয়োপমান

অমনা অমগী উপমেয অমদি উপমান ওইনববদি উপমেযোপমান অলঙ্কারনি।

খুদম -

১। "রামগা মান্নে মহাদেব, মহাদেবগা মান্নে রাম।"
২। "নুজাগী মাযথোং থাজগা মান্নে, থাজগী মাযথোং নুজাগীগা
মান্নে।"

## প্রতীপ অলঙ্কার

উপমা অলঙ্কারদি উপমেয় (চাংদম্নবিবা পোৎশক) অদু উপমান (চাংদম্নফম ওইবা পোৎশক) গা মান্নে হায়না চাংদম্নবনি। অদুম তৌবদুনা উপমেয়গী গুন হাপকৎলি। অদুবু কবি কবিগুম্বদা উপমানবু উপমেয়গা মান্নে হায়বা যাওই। খুদম ওইনা . - "থাজ মানবী মায়থোং" উক্তি অসিদা মায়থোংনা উপমেয় নি অদুগা থাজনা উপমান্নি। মসিগী ওন্ন তৈনবদা 'মায়থোঙ্গা মান্নবা থাজ' হায়ববদি মায়থোংনা উপমান ওইরে। 'থম্বাল মানবী মিৎম্না' গী মহুত্তা 'মিৎম্না মানবী থম্বাল' অসুম্না মতম লৈবাখিবিক্তা মায়াম্না উপমান ওইনা থম্নবা পোৎশকপুনা উপমেয় ওইনা অদুগা উপমেয় ওইনা থমগদবা পোৎশকপুনা উপমান ওইহল্লবদি প্রতীপ অলঙ্কার ওইরে। উপমান্দগী উপমেয়না হেন্না থাক ৱাংনা উৎপা অমদি উপমানবু উপমেয়গী মাঙদা হন্থনা থম্বা মখল উপমাবু প্রতীপ অলঙ্কার কৌই। খুদম খবগা -

১।	"সীতাগী মায়থোংনা জগৎ ঙাল্লিহৈঙে,
	থাজগী কবি দবকার লৈবগে ।"

২।	"মিৎচি তেনগী তেনমাঙদা কামদেবগী তেন্দু মকশিল্লে।"

৩।	মিংচৎনা মালেম ঙাল্লিহৈঙে বামগী, নুমিৎকী মঙালনা কৈদৌকনি"

৪।	"নংগী পাঙ্গল মাঙদা শামুগী পাঙ্গল অবেম্বনি।"

উপমেয়হিং উপমান জব সমতা লায়ক নাহিং তব প্রতীপ হোত। (ভাষা ভুষন)

জহাঁ বরনত উপমেয় তেং কছু হীনো উপমান । (অলঙ্কার

## ব্যতিরেক অলঙ্কার

চাংদম্নফম ওইবা পোৎশক উপমান দগী চাংদম্নবিবা পোৎশক উপমেয়না হেনগৎনা নত্রগা উপমান ওইবা পোৎশকপু চাংদম্নবিবা পোৎশক উপমেয়দগী হন্থনা হায়ববদি ব্যতিরেক অলঙ্কার ওই। প্রতীপ অমদি ব্যতিরেক অলঙ্কার অনিমক উপমেয়না উপমানদগী হেল্লি হায়না ফোংদোকপা অলঙ্কার ঙাক্তনি। খুৎহায় অমদি খুৎফোংদোক্তা খজিক্তং খেন্নবনি।

ব্যতিরেকী খুদম খরা -

১। "সীতাগী মাযথোংবু সবদথম্বালগুম্মী মতৌ কবম্না হাযসিগে,
অহিংদা খুইজিল্লি মাদি,
অহিং নুংথিল ঙাল্লি সীতাগী মাযথোং।"

২। "সন্তগী থম্মোয মাখনগা মান্নে,
খঙদবা কবিশিংনা হাযবনি।
মতোমতা শাগৎলগা তুমজৈ মাখনদি,
অতোপ্পগী অরা মৈশাদা মহী চেল্লী সন্তগী থম্মোয।"

৩। "মাযথোং থম্বালগা মান্নে,
অদুবু থম্বালদগী নুংশি রাহে থোবক্তে।"

৪। "পোকফম্না সমুদ্র, লোযনবনা হুগা,
নুংথিন্দা মকশিনবা, মাযহিংসু থাংবা,
সীতাগী মাযথোঙ্গা মান্নগনি মতৌ কবম তোল্লবা থাজ মানা ?"

"ব্যতিরেক জু উপমান তেং উপমেযাধিক দেখি।" (ভাষা ভূষন)

## রূপক অলঙ্কার

উপমান্দা পোৎশক অনিগী মান্নবা (নকশিন্নবা) ওই, অদুবু রূপক্তি অমত্তা ওইবা শক্তমনি। রূপক্তা উপমেয অমদি উপমান ওইবিবা পোৎশকশিংদু তশেংনা তোংঙান তোংঙান লৈজববসু অনিমক চপমান্নবগুমই। খুদম ওইনা - 'মাযথোং থাজ' 'থম্মোয লৈকোন' অমদি 'পূক্রিং লাইজ' অসিনচিংবা রাঙাং অসি রাচক লুপ্তোপমাগী অর্থগা মান্নদে। হাযবগী অর্থদি থাগা মান্নবা মাযথোং, থম্মোযগা মান্নবা লৈকোন অমদি 'পূক্রিংগা মান্নবা লাইজ হাযবা উপমা অদু নত্তে। মসিগী অর্থদি মাযথোং অদুমক থাজনি, থম্মোয অদুমক লৈকোন্নি অমদি পূক্রিং অদুমক লাইজনি হাযবনি। অনিনা অমত্তা ওইখ্রবা শক্তমদুনি।

রূপক্কী অর্থদি শক্তমলাংবা, ড্রামা নি। ড্রামাদা থোইবীগী শক্তম লাংলিবী নুপী অদুদা ড্রামা শান্নবিঙৈ মনুংদা থোইবী হাযনা মিংগৌই

অদুগা থোইবী শাবিবী মশামকসু থোইবীনি খন্না পাওখুম্মী। অদুগা চপ মান্নবা মাযথোংদুমক থাজনি, থাজদুমক মাযথোংনি অনিনা অমত্তা ওইবগী শকওংনি। মতৌ অসুম্না বাধিকাগী মমিৎ থম্বালমক্লি হাযবসু রূপক্লি। রূপক্তদি উপমেয অমদি উপমান্দা খেন্নবা উৎত্রে ।

১। মাযথোং থাজনি।

২। মাযথোংদু অনিশুবা থাজনি।

উক্তি অনিমক রূপক্লি।

চাংদম্নবা অলঙ্কারশিঙ্গী মনুংদা রূপক অর্থগী মিৎযেংদা থোইদোক্লা ফজবা অলঙ্কারনি।

**রূপক্কী মখল : -**

## অভেদরূপক

১। চাংদম্নবিবা অমদি চাংদম্নফম ওইবিবা (উপমেয অমদি উপমান) পোৎশক নত্রগা মশক অনিদা খেন্নবা লৈতনা মান্নে হাযনা উৎপা রূপকপ অভেদ (খেন্নবা লৈতবা) রূপক কৌই। খুদম ওইনা - "মাযথোং - থাজ" 'মিৎমা - থম্বাল' অমদি 'থম্মোয - মন্দির অসিনচিংবা।

## অধিকরূপক

২। অদুবু কাবগুম্নদা চাংদম্নফম ওইবিবা থাজদগী খবা হেল্লী হাযনা ফোংদোক্লিংবা অদুগা মতৈ চাংদম্নফম ওইবা পোৎশকসু লৈতবনা 'মক্রবা মাযথোং থাজ নি। নত্রগা মাযথোংসি মক্রবা অনিশুবা থাজনি' হাযনা ফোংদোকই। অসুম্না উপমান মক্তগী উপমেযনা হেনগৎনা হাযবা "অধিক রূপক" অসিনা থাজদগী মাযথোংনা হেন্তক তৌবা ফাওহল্লি।

## ন্যুনরূপক

৩। চাংদম্নবিবা (উপমেয) অদুনা চাংদম্নফম ওইবিবা (উপমান) দগী হন্থবা উৎপা রূপক্তি ন্যুন রূপক (হন্থবা রূপক) কৌই। মদুদি - "মাগী মাযথোংদি যুম্বু ঙালহল্লিবা থাজনি।" নত্রগা মাগী মাযথোংদি যুম্বু ঙালহল্লিবা অনিসুবা থাজনি। মফম অসিদা মাযথোংসি থাজগুম্না মালেম শিনথুংনা ঙালহল্লিবা থাজদগী হন্থবা ইমুংখক্তং ঙালহল্লিবা থাজনি হাযনা হন্থবা উৎলি।

## সাঙ্গরূপক

৪। সাঙ্গ রূপকতা মখল মখা কযাগী রূপক যাওই মখোযদা উপমেয অমদি উপমানগী শব্দক্কী মতৌগুম লৈ। খুদম

"উধো, ঐগী থম্মোযসে অঙ কপা লৈকোন অমা ওইবম্বনি,
লৈতেংলম্বনি মদুদা কল্পনা ফৈদোমশিং,
নুংশি নুংশিববা ভাবনা - লৈবাং কযা শাংলক্মী মদুদা।
তনৌ তনৌববী উবী কযানি আশাগী। তপ্পা তপ্পা রাসনা - উবীশিংনা নুংশিংনা নোম - হাইজবম্বনি। নুংঙাযবা রাখলগী চেক্লাশিংনা নুংশিনা খোংজবম্বনি মদুদা।" অসুম্না মথং মথং রূপক্কী শক্তম কযা শমথবকপসি সাঙ্গ রূপক অলঙ্কার কৌই।

## উৎপ্রেক্ষা অলঙ্কার

উপমেযগা উপমান (চাংদম্নবিবগী চাংদম্নফম ওইবিবা পোৎশক) গা খৈন্নে খঙন খঙনা উপমেয অদু নমদুনা উপমাননি খল্লকপা, নিঙলকপদু উৎপ্রেক্ষা অলঙ্কারনি। রূপক্তসু উপমেয অদু উপমান্নি হাযনা থঙজিল্লকই অদুবু উপমেয অমসুং উপমান অনিদু মশা অমত্তা ওইহনবদা (ওইশিন্নবদা) রূপক্তা অপনবা লৈতে, তশেংনা অনিদুনা অমখক্তা ওইবগী মতৌনি। উপমাসু উপমেয অমদি উপমান মান্নে হাযনা লেপ্পনি অদুবু উৎপ্রেক্ষাদি উপমেযগা উপমানগা মান্নে হাযবদা চিংনবপ তৌবদু পুক্লিংদা ফাওই। মান্নবদি নত্তবা মান্নবগুম তৌবা, অওইবমক্তি নত্তবা ওইবগুম তৌবা, খঙবদি নত্তবা খঙবগুম তৌবদুনি। খুদম খবা -

১। মাযথোং থাগা মান্নে। (উপমা)

২। মাযথোং থাজনি । (রূপক)

৩। মাযথোং থাগুমই। (উৎপ্রেক্ষা)

নম্বর (১) দা "মাযথোং থাগা মান্নে" হাযবিবা উপমা গী রাফমদি তশেংনা রাবেপ লৌববা রাঙাংনি। পোৎ অনিগী মনুংদা অমনসু হেন্দে অমনসু তাদে, চপ মান্নে হাযনা লেপ্পনি অদুগা নম্বর (২) দা রূপক্কী

ৱাঙাংনা হায়বিবদি পোৎশক অনিদি লৈ, অদুবু অনিদুগী খেন্নবা শুক্লে লৈত্রে, অমত্তা ওইনা উবে। অমনা অমদগী হেনবা নত্রগা তাবগী ৱাফম শু ক্লে লৈত্রে অনিসি অমত্তনি হায়বগী উক্তিনি । অদুগা (৩) দা উৎপ্রেক্ষা দা হায়বিবনা পোৎশক অনিসে চপ মান্নে হাযবদি নত্তে, মান্নবগুম কবিগুম পূক্লিংদা ফাওই হায়বা ৱাঙাংনি। পূক্লিংদা চিংনবগা লোযননা ঙাংবা উক্তিনি। অদুনা উৎপ্রেক্ষাদি নমদুনা পোৎ অনিদু মান্নহনগে হোৎনবগী মতৌনি।

১। জহঁ কীজৈ সমভাবনা সো উৎপ্রেক্ষা জানি। (ললিত ললাম)

উৎপ্রেক্ষাদা - গুমই, নিঙই, খল্লি, লৌই নচিংবা ৱাচক ৱাহৈশিংবু হাপ্লে অদুবু হাপ্তনা হাযববসু অকায়বা লৈতে। ৱাচক ৱাহৈ য়াওবগনা ৱাচক্যউৎপ্রেক্ষা য়াওদ্রগা প্রতিযমান নত্রগা গম্যউৎপ্রেক্ষা কৌই।

## উৎপ্রেক্ষাগী খুদম খরা :-

ক। "শ্রীকৃষ্ণগী শংবান্নববা হকচাংদা পীতাম্বব ফিজোন থোনবদি
নীলগিবি চীঙথক্তা অঙনবা অযুক্পী নুমীৎকী মঙালনা
যৈবগুম নিঙই।"

খ। "অঙাং অসি কৈগুমই।"

নম্বব (ক) গী উক্তি অসিদা ঙাংলিবা মশামক্লা শ্রীকৃষ্ণগী হকচাংদা পীতাম্বব (গেরুৱা ফি) ফিজোল থোনবসি অঙনবা অযুক্পী নুমিৎ মঙালনা নীল্লগিবী চিঙথক্তা য়েবকপগা মান্নে হাযনা লেপ্পা নত্তে, মান্নবগুম তৌই হায়বনি। ঙাংলিবা মশানা অনিদুগী খেন্নবা লৈ খঙনা নমদুনা মান্নহনগদবগী হোৎনবগী মমি ফাওই।

২। অনিশুবদা 'অঙাং অসি কৈগুমই'।

হাযবা ৱাঙাংসিদসু অঙাং অদুগা কৈগগী খেন্নবা লৈ খঙনা খঙনা নমদুনা মান্নহনগে হায়না হোৎনবগী মতৌনি। অঙাংগা কৈগা চপ মান্নে হায়বা অবেপ্পা ৱাঙাং নত্তে।

## স্মরণ অলঙ্কার

মমাঙদা হান্না উখ্রবা, তাখ্রবা নত্রগা খঙখ্রবা পোৎলক্কা মান্নবা নত্রগা মরীলৈনবা কবিগুম্বা পোৎশক অমা কবিগুম্বদা উবগা, তাবগা নত্রগা খন্নুক্কবগা হান্নগী পোৎশক অদু নিংশিংলকপবু 'স্মরণ' অলঙ্কার কৌই।

"কুছ লখি, কুছ সুনি, সোচি কুছ, সুধি আৱৈ কুছু খাস সুমিরন তাকৌ ভাখিযে, বুধবর সহিত হুলাসা।" (অলঙ্কার মঞ্জুষা)

খুদম খরা -

১। "শংবান্নববা যমুনা উবগা শ্যাম নিংশিংলক্লে।"

২। "খোইমু উবে নিংশিংই, তোমাল উবে - নিংশিংই খরাযগী মবুংঙো শ্যামদো।"

৩। "খাব: ফববা অহিং অসিনা নিংশিংহল্লে মাবু।"

অহানবা পবেংদা যমুনা তুবেলগী শংবান্নববা ঈশিংনা শ্যাম (কৃষ্ণ) গা শংবান্নবা কুচুগা মান্নবনা যমুনা উবগা শ্যামবু নিংশিংলকপনি। অদুগা অনিশুবা উক্তিদনা খোইবু অমদি তোমালপাম্বীগী অমুবা অমদি মুনঙ তৌবা শকফম অমদি শকওংগা শ্যামগী কুচুগা মান্নবনা কৃষ্ণবু নিংশিংলকপনি। ৩ শুবা ব্রাঙাংনা মমাঙথক্কী মতমদা থাবল ফববা অহিংদা নুংশিবগা লৈমিন্নখিবদু ঙসিগী থাবলনা নিংশিংহল্লকপনি।

## অপহ্নুতি অলঙ্কার

কবিগুম্বা পোৎশক নত্রগা ৱাফমবু লোৎলগা মদুগী মফমদা কবিগুম্বা ওইদবা মীনম্বা পোৎশক নত্রগা ৱাফম অমনা শিনজিল্লকপবু "অপহ্নুতি অলঙ্কার" কৌই। হায়বদি চাংদম্নবিবা পোৎশক (উপমেয) পু থিংদুনা থম্নগা মদুগী মহুত্তা চাংদম্নফম ওইবিবা পোৎশক (উপমান) দা থংজিল্লকপনি।

খুদম ওইনা :-

"দৃগ - জল - যুক্ত বদন মনডল কো অলকেং শ্যাম ন থীং,
ওস ভরে পকঁজ উপর থে মধুকর মালাকে ডেরে।"

মথক্কী উক্তি অসি অসুম্না অর্থ হনবা যাই -

"পিবাংনা থল্লবী (চোংলবী) মাযথোংদা অমুবা শন্নাংনা কুপ্প নত্তে,
লিক্লানা থল্লবা থম্বালদা খোইমু মপৈনা যোম্বনি।"

পীবাং শিন্থনা কপ্লিবী ফজবী মাগী মাযথোংদুদা চোইজাইনববী অমুবা শন্নাংনা ব্রা ব্রা তাবিবী অমবু উবগা মদু নত্তে হাযনা অশেংবসি লোংলগা থমলি অদুগা হাযবি - অঙনবা অযুক্কী লিক্লানা লৈনা চোংলবা থম্বালদা খোইমু মপৈনা যোমশিন্দুনা তোংবনি। অসুম্না অওইবদুনা নত্তে হাযবগা ওইদবা ব্রাফম অমনা অচুম্বা, অওইবমক্লি হাযবনি।

২। "কৃষ্ণ নহীং পীতাম্বর পহন্তে, বিজলী চমক রহী ঘনমেং।"

মফম অসিদা উপমেয (চাংদম্নবিবা) ওইবিবা কৃষ্ণনা তশেংনা পীতাম্বর ফিগে থোনবদুবু 'মদু নত্তে' হাযবা ব্রাহৈসিনা অচুম্বদু থিংদুনা থম্নগা মদুগী উপমান (চাংদম্নফম) ওইবিবা নোংথাংনা মহুৎ শিঞ্জিল্লগা 'অমঙবা নোংচৌদা নোংথাং খানবনি' হাযনা থংথবকই। উক্তি অসিগী মনিপুরী দা হাযবগদি -

"কৃষ্ণনা থোনবা নত্তে সনা ফিগে,
অমঙবা নোংহৌদা চুমথাং খানবনি।"

কনাগুম্বা অমনা কনাগুম্বা অমদা অথীবা ব্রাহৈনা চৈবগা যাম্না নুংঙাযতনা হাযবকই -

৩। "মানা ঙসি চৈত্রিবসে, চুম্না চৈব নত্তে,
তশেংনা ঐঙোন্দা তাশোন্না থিনবনি।"

অসুম্না চৈবদু চৈবা নত্তে, তাশোন্না থিনবনি হাযদুনা অশেংবদু মীনম্নগা ওইদবনা অওইবনি হাযবনি।

ধর দু'র আরোপ তেং শুদ্ধ অপহ্নুতি জানি।
(ভাষা ভূষণ)

# ভ্রান্তিমান (ভ্রম) অলঙ্কাব

কবি কবিগুম্বা মতমদা কবিগুম্বা পোৎশক অমগা অতোপ্পা পোৎশক অমগা যাম্না মান্নবা যাওই। মদুনা অশেংবা, অওইবা পোৎশক্কু নত্তবা অতোপ্পা পোৎশক্কুনি খনবা যাওই। তশেংবদি লান্না খল্লুবনি। অসুম্না লান্না খল্লুবদু 'ভ্রম' নি। অমম্বা নুম্নিদাংদা থৌবী মতৎ অমা তাবম্বদু উবগা লীন্নি হাযনা খল্লুবদু 'ভ্রম' তৌবনি। মতৌ অসুম্না উপমেযবু উপমান নি খল্লুববু 'ভ্রান্তিকান' অলঙ্কাব কৌই। খুদম -

১। "বিল বিচাব কব নাগ শুগুমেং ঘুদনে লগা বিষৈলা সাম্প,
কালী ঈখ সমঝ বিষধব কো উঠা লিযা গজনে ঝট আপ ।"

উক্তি অসিনা হার্যবি -

"মখুর্নান খন্দনা অহোব নাতোন্দা শামুগী, চঙশিল্লুই হ্ পুবা লীল অদুনা, অমুবা চুপাংনি খল্লদুনা শামুনা লীলদু শৎ থাজৎখি।"

মফম অসিদা লীল অমদি শামু অনিমক অমনা অমদা ভ্রম তৌহন্দুনা ভ্রান্তিমান অলঙ্কাব গী মশক ফজনা উৎলি। খুদম খবগা -

১। "পাঙ্গোং নৈনি খন্দুনা খোইমুনা তেনব্রাগী মচিন্দা পাইশিল্লুই,
তেনব্রানসু খল্লুই অমুনবা যাম উহৈনি, চিক্লুই মচিন্না খোইমুদা।"

২। "নৈবাংনি খল্লদুনা শকুন্তলাগী মাযথোংদা খোইমুনা ড্রুং ড্রুং ঙংলুই।"

ভ্রান্তি এপিক ওবমেং নিশ্চিত জব অনু। (অলঙ্কাব মঞ্জুষা)

কৃষ্ণগী নৌ ঈ ... মেংমত্তুগী চুডা, লীক পবেং. সন্দ ফিগে অসিনর্চিংবা উরুবগা গোপী খবদি ব্রাহোং জগোই শাবি, উবোক পবেং পাইবি, চুমথাং খল্লিবনি হাযনা ভ্রম তৌবি। মদুদা মতাশিংনা শেংদোক্লই (মতাং অসি মৈতৈগী নট ঈশৈ শকপীশিংনা নীংথিজনা শৈথাই) -

১। নত্তে নত্তে, লাক্নেং জগোই শাব নত্তে, ইবুংঙোগী চুডানি।

২। নত্তে নত্তে. উবোৱ পবেং পাইব নত্তে, ইবুংঙোগী মুক্তা পবেংনি।

৩। চুমথাঙ খানবা নত্তে, শ্রীকৃষ্ণ ইবুঙোগী সনা বিগেনি।
অসিনচিংবা ঈশৈ অসি ভ্রম তৌবশিংদা শেংদোক্লিবা
ভ্রান্তিমানালঙ্কাব, গী মনুং চল্লী।

৪। তোমালবু উকবে কৃষ্ণনি কোল্লুবে।
মফমসিদা তোমালবু কৃষ্ণনি হায়না ভ্রম তৌবদগী কোল্লুবিবনি।
মবম অসিনা ভ্রান্তিমান অলঙ্কাবনি।

অসুম্না থৌবী মতং অম নুমিদাং অমম্দা তাবদু নেংলুবগা লীল নি খন্দুনা পাখক্লনা চোংবদু ভ্রমনি, উতি ওইনা হায়বর্বদি ভ্রান্তিমান অলঙ্কাব ওইগনি।

## সন্দেহ অলঙ্কাব

ভ্রান্তিমান অলঙ্কাবদি উপমেয় অমদি উপমান দু মায়মন্দুনা শেবায়না খল্লুবনি। অদুবু 'সন্দেহ অলঙ্কাব' দদি উপমেয় অমদি উপমানগী মায়বদু উবগা উপমান অসি এশেংনা উপমেয় ওইব্রা ওইদব্রা খঙদনা চিংনদুনা লৈ, ব্রাখল লেপ্পা ঙমদে। মদু সন্দেহ অলঙ্কাবনি ।
খুদম ওইনা -

দুশাসন্না দৌপতিগী সাডীদু মুন্দুনা চিংবদা কৃষ্ণ গী থৌজান্দগী দ্রৌপতিগী সাডীদু অবোই অথম নাইদনা শাংখি অমদি সাডীদু চিংবদা দুশাসন চোকথবকখি।

মতাং অদুদা মীয়াম্না দ্রৌপতি অমদি সাডীদুগী মবমদা চিংনবা ফাওবকপদুদা কবিনা হায -

১। "সাডী বীচ নাবী হৈ কি নাবী বীচ সাডী হৈ ?
সাবী হীকী নাবী হৈ, কি নাবী হী কী সাডী হৈ ?"

অর্থদি -

সাভী মবক্তা নুপীনা লৈবিব্রা নত্রগা নুপী মবক্তা সাবীনা লৈবিব্রা ?

সাবীগী নুপীবা নুপীগী সাবীবা ?

অসুম্না চিংনদুনা হাযবা ব্রাঙাংদি সন্দেহালঙ্কারনি। প্রশুবামগী লৈফম লৈকাস চাঙথক্তা কর্ণনা খুৎলাই তমগে হাযনা থিবকই। প্রশুবামগী খাংপোক্তা অকন অধৌগী থাং, তা, লীকঙ, তেন, চুঙ্গোই খুৎলাই মযাম লৈবম্মী অদুগা নাকল অমবোমদা ঝুলী কৌপিন, যুবী খুজাই নচিংবা সাধু সন্যাসীশিঙ্গী পোৎশক মযামসু লৈবা উরুবদা কর্ণনা চিংননা হাযবকখি। -

"শা লান্দা থৌবা কনাগা, সাধু ওইবা অমগা, অনি পুন্না লৈমিন্নবিব্রা?"

নত্রগা

"খুৎশু খুৎলাই থাদোক্লবা কনানা, লাইনিঙবা হৌবব্রা ?"

নত্রগা

"সাধু সন্ত কনানা সাধু ওইবা কান্নদ্রে খন, সাধুগী পোৎলম থাদোক্লগা খুৎলাই পাযখৎপা হৌবব্রা ?"

অসুম্না চিংনবা ফোংদোক্লিবা উক্তিবু সন্দেহালঙ্কার কৌই।

## উল্লেখ অলঙ্কার

পোৎশক অমবু মওং কযা থোক্লা শৈথাববু উল্লেখ অলঙ্কার কৌই। শৈথাবসি মখল অনি থোকপা যাই।

১) পোৎশক নত্রগা মীশক অমখক্কী মবমদা মী মযাম্না মখল মখা কযা থোক্লা যেংবা নত্রগা শিংথাবা।

২। পোৎশক অমখকপু হিবম খেন্নবদগী মী অমনা মখল মখা কযা থোক্লা যেংবা অমদি বর্নন তৌবা। খুদম ওইনা -

১। "কংসনা শেম্বা বঙ্গভূমিদা কৃষ্ণনা খুঙ্লবদা নুপীশিংনা কামদেব, যদুবংশীশিংনা মখোযগী যাইফ মঙ্গল পীবিগদবা, নন্দ নিংথৌনা মচা অদুগা কংসনা যমরাজ লাক্লবোই খনখি।"

মথক্কী খুদম অসি মীশক অমখক্কী (কৃষ্ণগী) মবমদা মী কযামকম্না মখল মখা কযা থোক্লা যেংবা মখলদুগী উল্লেখ অলঙ্কার নি।

২। শ্রীবামনা জনক নিংথৌগী বঙ্গভুমিদা চঙলকপ দা -

" নিংথৌশিংনা খনখি মহা প্রলয় ঙম্বনি,
মশা পুম্বা থৌনানা যোম্লে।
কিখি ফত্তবা শাথীববা মুর্ত্তি গুম
লৌনম ফিজেৎনা নিংথৌ শাদুনা,
ফম্লিবা হিংচাবা অসুবনা ।
উখি কোনুংগী প্রজানা, মীযাম্বু নুংঙাযহনগদবা
মচিন মনাও অনিবু ।"

বর্নন অসিসু মীশক অমগী মবমদা মীয়াম্না হিবম কযা থোক্লা যেংবা মিৎযেংনি।

৩। " কোবৌ মঙান্না শক্তমনি নংগী,
নৈবাঙ্গী ফজবনা মাযথোংনি নংগী,
নুংশিৎনা নংগী থব্রাযনি,
অতিযানা নংগী পাক চাওবনি।"

মফম অসিদা ঈশ্বববু তোংঙান তোংঙানবা মওংদা শৈথাবনি । মতৌ অসুম্না - উল্লেখ অলঙ্কার অসিদি মী মযাম্না মীশক নত্রগা পোৎশক অমখক্কী মবমদা মখল মখা কযামকম থোক্লা শৈথাবা নত্রগা মী অখক্লা মীশক নত্রগা পোৎশক অমখক্কী খেন্নবা হিবম কযাদা বর্নন তৌবনি। ঈশৈশিং, শৈবেংশিং অমদি ফজববা সাহিত্যগী ওইবা ব্রাঙাংগী থোইদোক্লা ফজবা অলঙ্কার নি। মনিপুরী সাহিত্যশিংদসু অলঙ্কার অসি মতাং চানা শীজিন্নবদা মশক থোক্কনি নীঙই।

# প্রতিবস্তুপমা

উপমেয় অমদি উপমান (চাংদম্নবিবা অমদি চাংদম্নফম ওইবা) অনিগী মবীদা তোংঙান তোংঙানবা ৱাহৈপবেংশিংদা, তোংঙান তোংঙানবা ৱাহৈশিংনা গুণ অমত্তদা চাংদম্ননবদি প্রতিবস্তুপমা অলঙ্কার কৌই।

খুদম -

১) "ঙানথোইজৈ নুমিৎনা মশগী মৈশানা ।
লৈতেংজৈ অথৌবশিংনা মশাগী লীকঙ তেন্না ।"

মথক্কী ৱাহৈ পবেং অনিসি তোংঙান তোংঙানবা ঙাক্তনি অদুগা মখোযগী ৱাহৈশিংসু গুণ (সাধবন ধর্ম) ফোংদোক্লিবা ৱাহৈশিং - "ঙানথোইজৈ অমদি লৈতেংজৈ হাযবিবা ৱাহৈশিংনা মান্নবা অমত্তা ওইবা অর্থ ফোংদোকই। অনিগী মান্নবা অর্থদি 'গুণ' হেনগৎহল্লি হাযবনি । নুমিৎসু মশাগী মৈশানা মশাগী গুণ হেনগৎহল্লি অদুগা অথৌবশিংসু মশাগী লীকঙ তেন্না মশাগী গুণ হেনগৎহল্লি হাযবনি। মবম অসিনা তোংঙান তোংঙানবা ৱাহৈশিংনা ধর্ম গুণ অমত্তদা চাংদম্নবি । মসি প্রতিবস্তুপমা অলঙ্কার নি।

২) " খুদোংথীবা তাববসু নুংশিবদা চাং তাদে সজ্জনশিঙ্গী
শেগাযববসু মচু শিথদে অঙাংবা ফিনা মশাগী।"

৩) "অমঙবা নোংহৌদা তথকপী নোংথাঙ্গী অবংবা মঙাল ফাওবি।
শংবান্নববা ফিজোন্দা ঙৌববা হকচাঙ্গী নিঙথীববা মঙাল ফাওবি।"

মতৌ অসুম্না তোংঙানবা ৱাহৈপবেং অনিগী তোখাযবা ৱাঙাং অনি না মান্নবা গুণ অনি চাংদম্নববদি প্রতিবস্তুপমা অলঙ্কারনি। পোৎশক অনিগী গুণ অনিদু মান্নে হাযবা তোংঙানবা ৱাহৈ অমদি ৱাহৈপবেংনা নাকোইননা ফোংদোক্লি।

"যুগ ৱাক্যন কো হোত কহঁ একৈ ধর্ম বখান। (অলঙ্কার মঞ্জুষা)

## দৃষ্টান্ত অলঙ্কার

চাংদম্লবিবা অমদি চাংদম্লফম (উপমেয অমদি উপমান) ওইবিবা ৱাহৈপবেংশিং অমদি মখোযগী সাধারন ধর্ম (গুণ) অদুগী মান্নবা ভাব (মমি) অদু অমনা অমদা তাবৰদি দৃষ্টান্ত অলঙ্কার নি।

" জহাঁ বিম্ব প্রতিবিম্ব সম জুগল বাক্য কো ধর্ম তাহি কহত দৃষ্টান্ত হেং জে কবি কবিতা ধর্ম।"

কবিগুম্বা ৱাহৈ পবেং অনিদুগী গুণ মান্নবা উৎলবা অদুবু ৱাহৈপবেং অনিদুগী সাধারন ধর্ম (গুণ ফোংদোক্লিবা ৱাহৈ) দি অমখক্ত নত্তবা অমদি মান্না খঙহন্নবা ৱাহৈ থমদনা ফোংদোক্লবদি দৃষ্টান্ত অলঙ্কার ওই।

(কাব্য প্রদীপ)

দৃষ্টান্ত অলঙ্কারদা মকুওইনা মখাগী কাযাৎশিং অসি চঙই -

১। অহানবা ৱাহৈপবেংদা ৱাফম অমা হাযগনি।

২। অনিশুবা ৱাহৈপবেংদা মথক্কী অদুগা মওং মতৌ মান্নবা অতোপ্পা ৱাফম অমা অমুক হাযগনি।

৩। অনিশুবা ৱাহৈপবেংদু অহানবা ৱাহৈপবেংগী খুদম চাংদমগী মওং ওইগনি তৌগুম্বসুং মান্নবগী মবমদা ৱাহৈ অমত্তসু ফোংদোক্ল বা থমলোয।

৪। ৱাফম অনিগী মান্নবগী ভাব অদু কবিগুম্না অমত্তা ওইবা সাধারন ধর্মনা ফোংদোক্লোয। খুদম -

১। " বামগী ফজবা শক্কী মাঙদা অতোপ্পা কনাগী ফজবা পামদে।"
" গঙ্গাজল নত্তনা কনানা পুখ্রি খোংবানগী ঈশিং পামগনি।"

মথক্কী অহানবা ৱাহৈপবেংদা বামগী ফজবগী মবমদা কবিগুম্না খবা হাযবনি অদুগা অনিশুবা বাক্যদনা গঙ্গাজলগী মবমদা কবিগুম্না খবা হাযবনি। বাক্য অনিগী মওং মতৌ মান্নে অদুবু অনিগী সাধারন ধর্ম (গুণ) দি তোংঙাল্লি। মখোয অনিসি মান্নে হাযবা ফোংদোকপা ৱাহৈ থমদে। অতৈ খুদম খবা -

২। "উরুবগা শক্তমদো নন্দলালগী, মিংসিনা যেংনিঙদ্রে অতৈ কনাবু। থাদোক্লুনা অমত্তবু কনানা থকলুগনি অখাব হু।"

৩। "কন্না হন্না হন্না হোৎনবগা অপঙবসু পণ্ডিত ওইবকই। কল্লবা নুংপাকথক্তা মোল্লবা থৌবীনা হন্না হন্না চিংলগা মমিদসু তাবকই।"

৪। "অফ ফত্ত পুম্নমক অমত্তনি হেক ঙাংথোক্লক্ত্রিবমখৈ, খঙই অদুবু ক্বাক কোকিল ঋতু লাক্লগা বসন্তগী।"

অসুম্না মথক্কী খুদম মঙামক দৃষ্টান্ত অলঙ্কাব ওইবা ৱাহৈপবেংশিংনি। অলঙ্কাব অসি অথোইবা হিন্দী কবিশিংনা যাম্না পামজনা শীজিন্নবম্মী।

# উদাহরণ অলঙ্কার

সাধারন ধর্ম (ফোংদোক্লিবা গুণ) মান্নদ্রবা বাহৈ পবেং অনিবু মখোয়গী মান্নৈ হায়বা ৱাচক ৱাহৈনা মান্নবদু ফোংদোক্লবদি উদাহবন অলঙ্কাব ওই। দৃষ্টান্তদি বাচক ৱাহৈ থমদে অদুগা উদাহবন্দদি থম্মী। দৃষ্টান্ত অর্মদি উদাহবন অলঙ্কাবদা খেন্নবিবসি অমনা ৱাচক যাওবা অমনা যাওদবা অসিতনি। অতৈ শকক পুম্নমক চপ মান্নৈ। মখক্তা দৃষ্টান্তগী খুদমশিংদা শুপ্র গী ৱাচক ৱাহৈ - মান্নৈ, মতৌনি, গুমইনচিংবা হাপ্লবদি উদাহবন ওইগনি।

উদাহবনগী খুদম খবা -

"অকনবা চৈফু চৈনা চীঙজাউনা খাঙবগুম মীফত্তশিংগী অযাকপা খোনফম সন্তনা খাঙলি।"

১। মফম অসিদা 'খাঙবগুম' ৱাহৈদা 'গুম' হায়বা ৱাচক ৱাহৈনা চীঙজাও অর্মদি সন্তনা খাঙবগী মান্নবা ভাব ফোংদোক্লি।

খুদম অমত্তংগা -

২। "মহাক পাঙবকী থাউমৈগুম লৈতেংলম্মী মতমদো, ফজববা লৈবাংনা তিংখংশঙ্গী লাংদা তাখিগুমই।"

ৱাহৈপবেংশিং অসিদসু 'থাউমৈগুম' অর্মদি 'তাখিগুমই' হায়বা ৱাহৈ শিংনা মান্নবা ফোংদোকক্লি। মবম অসিনা মখোয়সি উদাহবন অলঙ্কাব ওইবে।

কনাগুম্বা পণ্ডিতশিংনা 'উদাহরন' অলঙ্কার সি দৃষ্টান্ত অলঙ্কার নি হায়না লৌবসু যাওই। দৃষ্টান্তগী মনুংচনবনি হায়।

মথক্কী নম্বর ১ অমদি নম্বর ২গী দৃষ্টান্তগী উক্তিশিং অসি মখাগী অসুম্না শেমদোক্লবদি উদাহরন অলঙ্কারদা ওম্বোকপা যাই।

দৃষ্টান্ত - "বামগী ফজবা শক্কী মাঙদা অতোপ্পা কনাগী ফজবা শক পামদে।

- "গঙ্গাজল নত্তনা কনাসু পুখ্রি খোংবানগী ঈশিং পামদে।"

উদাহরন -

"বামগী ফজবা শক্কী মাঙদা অতোপ্পা কনাগী ফজবা শক
পামদবগুম গঙ্গাজল নত্তনা কনাসু পুখ্রিখোংবান্দগী ঈশিং
পামদে।"

উদাহরণ ওল্লগদি -

" অকনবা চৈফু - চৈনা চীঙজাওনা খাঙবগুম
মীফত্তশিঙ্গী অযাকপা খোনফম সন্তনা খাঙলি।"

মতৌ অসুম্না উদাহরন দগী দৃষ্টান্ত অদুগা দৃষ্টান্তগী উদাহরন ওম্বোকপদা শুপ্লগী ৱাচক ওইবিবা ৱাহৈদু লৌথোকপা অমদি হাপচিনবা অসির্তনি।

## নিদর্শনা অলঙ্কার

উমমেয অমদি উপমানগুম্বা ৱাহৈপবেংশিংদা অর্থ খেন্নজবরসু অনিগী মবীদু অমত্তা ওইবগুম নিঙনা শেম্নকপা দি 'নিদর্শনা অলঙ্কার নি। মসিদা কবিগুম্বদা ৱাচক ৱাহৈ যাওবসু লৈ অদুগা যাওদবসু লৈ। নিদর্শনাদা ওইথোক্তবা মবী শেমগৎলি। মদু নমদুনা যাহনবা তাই।

নিদর্শনাগী অর্থসু অনৌবা খবা শেমগৎপা হাযবনি। খুদম -

১। "লান জয তৌনিঙ্লবা কনাগুম্বনা নংগা যেক্লবা ওইবগা,
হিংজনিঙবনি মখোযদু হু থন্না থক্লগা।"

মফম অসিদা 'লান জয তৌবা' অমদি 'হু থক্লগা হিংবা' মখোযসি অমগা অমগা মবী শুক্রে লৈনদে, তোংঙানবা অর্থ লৈবা বাক্যশিংদা মবী শেমগত্তুনা অমত্তগুম থম্বনি।

২। "পাদনা মীকোক থোংনিঙবা ছাত্রদি
চাদনা হিঙ্গে খনবনি।"

## 'অতিশয়োক্তি অলঙ্কার'

কবিগুম্বা পোৎশক নত্রগা মীশকপু কা হেন্না থাগত্তুনা ঙাংবা ব্রাঙাংদু অতিশযোক্তি অলঙ্কার নি। অলঙ্কার অসিগী মখল তবেৎ লৈ। পুম্নমক পঞ্জদ্রে। খুদম খবদং থমজগে -

১। 'পুমতোং তোংঙাল্লি মালেমদা লীচৎসে শিবাজীগী ' মফম সিদা শিবা জীগী লীচৎপু মালেম পুম্বগী লীচৎকা শুকমান মান্নদে হাযদুনা কা হেন্না থৈগক্তুনা হাযবি।

২। 'শহ্ব অসিগী দলান মতোন্দা নুমিৎকী শগোল মখোঙ লৌশিল্লি।

শহবগী দলানশিঙ্গী অব্রাংবদু কা হেন্না থাগত্তুনা নুমিৎপু পুদুনা চেল্লিবা শগোলগাঙী চিংলিবা শগোলশিঙ্গী মখোঙদু দলানশিঙ্গী মতোন্দা লৌশিল্লি।' হাযবগী অর্থদি দলানশিংদু নুমিৎ খেৎনা ব্রাংই হাযবনি। মসিসু অতিশয়োক্তি নি।

৩। 'জেতি বর বাঙ বাম অসরাবা, তেহি সবদহু ববনৈ ন পাবা

অর্থদি বাঃ তোংালবা শগোন্দুগী শিঙ্খাবদি স্ববসতি মক্রসু ঙমলোয।

মসম্না পাধাবন ওইনা থাগৎনবগী চাংদগী কা হেন্না হেনজিন্না শগৎপবু অতিশযোক্তি অলঙ্কার কৌই। খুদম খবা -

৪। হনুমানগী মমৈদা মৈ চুদ্রিঙৈনা লঙ্কা তুম্না চাক্তু না উৎ ওনখ্রে।

৫। তেন্না হকচাংদা পান্দ্রিঙৈনা, হান্না যেক্রবশিংদু লৈমাযদা হাইথখ্রে।

৬। নংনা লানফমদা যৌবক্তিঙৈনা জ্ঞান মাঙখ্রে যেক্রবা পূম্নমক।

## অত্যোক্তি অলঙ্কার

অতিশযোক্তিদা উপমেয গী হিবমদা কবিগুম্বা খবা হেঞ্জিননা হায অদুবু মদুদা অচুম্বা খবদি শোযদনা যাওই। মতৌ অসুম্না নুংঙাযননবগীদমক কবিগুম্বা মতিকচাবা মীশক অমগী মবমদা হেনজিন্না মীনম্বা ব্রা হাযববদি অতিশযোক্তি অলঙ্কারবনি অদুগা ওইথোক্তবা ব্রাঙাং ওইববদি অত্যুক্তি অলঙ্কার নি।

কনাগুম্বগী থৌনা, ফজবা, পুচেল চাউবা, কাযনবগী ফিভম, নুংশিবগী দশা, মিংচৎনচিংবা হিবমশিংদা অত্যুক্তি অলঙ্কার তৌনৈ।

খুদম -

১। "লৈতেঙ্গী পোৎলুমদু কবম্না পুগনি মথোং ক্ষাবাক্লিবী দেহেদুনা।
খোঙফম চুম্না থাব ঙমদ্রে লৈমাযদা নম্ববকপদা লৈতেঙ্গী পোৎলুম্না।'

২। "বামগী মিংচত্তি ঙমখৈ লৈতনা ফজৈ অসুক যাম্না ফজবদি,
মালেমদি থম্বু থমখো, মবোল অহুমদা চাংদমনিঙায লৈতে।"

৩। "চেদা ইব যাদে, চিন্না হাযবসু ঙমদে।
খঙলিনি নংগী থম্মোযনা, ঐগী থম্মোযগী ব্রা।"

৪। "মাগী মীওৎ-মীনৈ খাঙবদা অকিবা ফাওবা কিদুনা চেনখ্রে।"
অসুম্না ওইথোক্তবগী থাক্তা থাগৎপসি অত্যুক্তি অলঙ্কারনি।

" কাবনকে লখতহি সুনত, কাবজ আসুহিং হোয।'
"চপলা অতিশয - উক্তি যহ অলঙ্কাব হৈ সোয।"
(অলঙ্কাব মঞ্জুষা)

মথক্তা পীজখিবা অলঙ্কারশিংবু খবা হেন্না লাঙ্গনা খঙবা যাননং খুদম খবা থমজবি -

১। মহাক্কী মাযথোং থাগা মান্নে। (উপমা)
২। মহাক্কী মাযথোং থাগুমই। (উৎপ্রেক্ষা)
৩। মহাক্কী মাযথোংসি থামকনি। (রূপক)
৪। মহাক্কী মাযথোংদি মশামক্কী মাযথোঙ্গা মান্নে। (অননব্রয)
৫। মসিবু মাযথোংলা নত্রগা থাবা? (সন্দেহ)
৬। থাসে মাগী মাযথোঙ্গা মান্নে। (প্রতীপ)
৭। মসি মাগী মাযথোং নত্তে, থানি। (অপহ্নুতি)
৮। মাযহিং থাংদ্রবা মাযথোংনা থাদগী হেল্লি। (ব্যক্তিবেক)

৯। মাযথোংবু থানি খন্দুনা নোংইন্না মহাক্কী মাযকৈদা মিংকুপ্তুনা যেংদুনা লৈখ্রে। (ভ্রান্তিমান)

১০। থা উবগা মাগী মাযথোং নিংশিংলকই। (স্মরণ)

১১। যেংউ থা অসি থোরক্লে (কনাগুম্বী অমা থোরকপদা)। (অতিশযোক্তি)

১২। লৈবাক্কী লৈকাদা খোঙ্গুন তাবস্মী,
চেক্লাগী যাত্রাদা খোঙ্গোং যৈবস্মী,
কোবৌ মশেক্কী মৈশাসু নংনি।
ঈংলবা থাবলগী ঈপোমসু নংনি। (উল্লেখ)

১৩। বাম নত্তনা অতৈ কনাসু পামদে।
গঙ্গাজল নত্তবা পুখ্রিগী ঈশিংবু কনানা পাম্লগনি? (দৃস্টান্ত)

১৪। নোং নুংশিংকী অকনবা চৈফু চীঙজাওনা খাঙবগুম
অখাবা ব্রাঙাংশিং সন্তনা খাঙই। (উদ্দাহরণ)

১৫। অমঙবা নোংহৌলক্তা নোংথাক্কী অবংবা মঙালফাওবী।
শাবান্নববা ফিজোন্দা ঙৌববা হকচাঙ্গী নিংথিবা মঙাল ফাওবী।
(প্রতিবস্তুপমা)

১৬। পাদনা মীকোক থোংনিঙ্লবা ছাত্রদি,
চাদনা হিংলগে খনবনি মহাক্তী। (নিদর্শনা)

## তুল্যয়োগিতা

তুল্যযোগিতাগী অর্থদি এক্তা (অমত্ত ওইবগী মতৌ) হাযবনি। মী কযাগী নত্রগা পোংশক কযামকম গী থবক নত্রগা 'গুণ' না মরম ওইবগা ধর্ম (গুণ) অমখক্তং লেপ্পা, নত্রগা ফোঙদোক্লবদি তুল্যযোগিতা অলঙ্কার ওই।

কবিগুম্নদা অমগা অমগা যান্নদবশিংদসু মান্নবা 'ধর্ম' গী ব্রাঙাংনা গতা ওইহল্লি।

খুদম : -

১।  "গঙ্গা নংগী ঈথক ঈপোম্বু কবম্না শৈথাবসিংগে।
মদুনা পাপী অমদি তপস্বী, মকশ অমদি য়েক্রবা
পূম্নমক শুমহৎলে।"

মকম অসিদা গঙ্গাগী ঈচেলগী মমি (গুণ) দু পূম্নমক্তা মান্ননা তাই হায়না হায়রি ।

কবিগুরুদা পোৎশকশিঙ্গী অথোইবা গুণশিংবু পোৎশক অমখক্তদা থগুজিন্দুনা তুল্যযোগিতা অলঙ্কাব শেমই : -

"নং মক্না শ্রীনিধিনি, ধর্মনিধিনি, ইন্দ্রনি অমদি খাজনি। "

মকম অসিদা মীশক অমত্তদা শ্রী, ইন্দ্র, চন্দ্র পূম্নমকী গুণ চেল্লি হায়রি।

" ক্রিয়া ঔব গুণ কব জহাঁ ধর্ম একা হায়।"

(অলঙ্কাব মঞ্জুষা)

"মশাগী ওইজবা য়াওদ্রবা মমাগী নুংশিবদা,
প্রেমগী মশক ওইবা মায়াদা,
অভাংগী থোৎলবা চিনবান্দা,
মোমোন মীনোক্কী মমিদা,
মপুবোইবা নিঙজবী নুপীগী থৌনাদা,
হনুবশিঙ্গী মীহৌচাওবা পূক্রিংদা,
তুঙ্গী যুম্বীবেল ওইরকদবা শাখংশিঙ্গী লূববা ব্রহ্মচার্যগী
মশকওইরবা গুন্দা, নাপীগী পিক্চববা মতৌদা,
চীঙগী নাপন্না থল্লবা লেমজব শকক্ষমদা,
অহিংগী অচিকপগী মতৌদা, নংতগী মমি শন্দোক্লি ।"

মসিদা "নংতগী মমি (শক্তম) শন্দোক্লি" হায়বা ধর্ম অমত্তংসি পোৎশক কয়ামকমদা থংথরি। মসি তুল্যযোগিতা অলঙ্কাবনি।

## অর্থান্তরন্যাস অলঙ্কার

মাওদা পুম্বোক্তুনা থম্লিবা অর্থদা মাওদা লৈতবা অতোপ্পা অর্থ অমা শেম্ফগৎনা শৌগৎলবা, সমর্থন তৌববদি অর্থান্তরন্যাস অলঙ্কার ওই

কবিগুরুদা থোইদোক্লা মশক নাইবা ৱাফম অমা হায়বগা মদুগী (সমর্থন্না) শৌগৎপনা ইচম চম্বা ৱাফম অমনা তৌবনি অদুগা কবিগুরুদনা ইচম চম্বা ৱাফম অমা হায়বগা মদুগী শৌগৎপনা থোইদোক্লা মশক থোকপা ৱাঙাংনা তৌবসু য়াওই। থোইদোকপা ৱাফমদা অচম্বা ৱাঙাংনা শৌগৎপগী খুদম :-

১। "শ্রীকৃষ্ণনা কনবিখি ব্রজবু শোবাকেনগী অশাউবদগী,
অচৌবা মীনা কবম্বা থবক তৌদ্রবগে ?"

মফম অসিদা - শ্রীকৃষ্ণনা ব্রজবু কনবিখি হায়বসি থোইদোকবা ৱাফমনি অদুগা শৌগৎলিবা ৱাফম -"অচৌবা মীনা মীয়ামগী থবক তৌই" অসিদি ইচম চম্বা ৱাফম ওই খাবক ৱাঙাংনি খুদম অমা (সাধারণ ৱাঙাংবু থোইদোকপা ৱাফমা শৌগৎপা) :-

"মগাক লাক্লগা নুংঙায অদুগা এগাক চৎলগা নুংঙায়তে।
নুমিৎ থোরক্লগা থম্মাল শাৎলি, নুমিৎ তাল্লগা উমশিল্লি।"

মথক্কী পরেংদা ইচম চম্বা ৱাফম অমা হায়বনি অদুগা মদুবু শৌগৎলিবা - ৱাফমদি য়াম্লা ফজবা মরু ওইবা ৱাফম অমনি। "নুমিৎ থোরক্লগা থম্মাল শাৎলি অদুগা "তাল্লগা উমশিল্লি" হায়বসিদি থোইদোকপা ৱাফমনি।

খুদম খরা :

১। নুংশিরুদা কনাসু নুংঙায়বা ফংদে। (থোইদোকপা ৱাফম)
মৈরাম্বীনা থাউমৈ নুংশিজকই, মতোমতা থরায় থাজে। (অচম্বা)
অতানবা পরেংগী ৱাঙাংদি থোইদোকপা ৱাফমনি অদুগা
শৌগৎলিবা ৱাফমদি অচম্বনি।

২। মুকপকী থেন্নবনা একতা মাঙহনবা য়াল্লা ? (থোইদোকপা)
শেমদবরা লৈপরেং তোংঙানা তোংঙানবা লৈশিংনা ? (অচম্বা)

৩। লানগা থম্মগা পুন্না চৎথবা ওইথোক্তে। (থোইদোকপা)
ডাকপা মৈতানগা লৈগা পরেং লেঙবা য়াদে। (অচম্বা)

## অপ্রস্তুত প্রশংসা

অবোৎপা ৱাঙাংনা অফোংবা ৱাবু খঙহন্নবা ১দি খঙননব ঙাংবা ৱাঙাংবু অপ্রস্তুত প্রশংসা অলঙ্কাব কৌই। হায়নিঙলিবা ৱাদু শেংনা হায়দ্রবসু অশেংবা ভাবপুদি খঙননবা হাযবনি। খুদম ঃ-

অভিমন্যুনা দুর্যোধনগী মচা লক্ষ্মমন্দা হায় -

১। "হৌজিক্তি নং নশাগী ইমুং মনুংগী মীশিংবু অমুক্তং য়েংজহৌবো। মতাং অসিদা অভিমন্যুনা হাযনিঙলিবসি - 'হৌজিক্তি নং ঐনা শোযদনা হাৎলগনি' হাযবনি। ৱাফম অসিদি ফোংনা হাযদনা - নংগী ইমুং মনুংগী মীশিংবু য়েংজহৌবো' হাযবা ৱাঙাংসিনা ফোঙদোক্লি।"

**খুদম খবা ঃ-**

২। "অনাবসি মানা চানিঙ চানিঙবদু পীজহৌবো।"
মসিদা হাযনিঙলিবসি "অনাবসি শোযদনা নোংমা নিনিগী মনুংদা শিবগনি" হাযবনি।

৩। "বিধিনা বাধা শেম্লবা তুংদা মখুৎ হাম্বা শেংদনা থা অমুক শেম্বনি মদুনা থা অসি মকখিবনি।" ৱাফমসিনা হাযনিঙলিসি বাধানা থা অমদি পূম্নমক্তগী হেন্না ফজে। মসিনি।

৪। "অকন অথৌশিঙ্গা য়েংথীনবগা চেকশিন্দ্রবা মীদো, মযুম মৈ থাবগা নুংঙায়না তুমদুনা লৈবনি।"

৫। "সোমদদি উ শুবনা বন্দা শিৎ তিংবা উশিংত খল্লগা য়াল্লি, অদুবু আসোমদদি অখোয়বা উবু কনামত্তনা খন্দোক্তে।"

মথক্কী নম্বব (৪) দা হাযনিঙলিবসি - 'অকন-আথৌশিঙ্গা য়েংথীনববদি চেকশিনগদবনি।' হাযবনি অদুগা নম্বব (৫) দা হাযনিঙলিবদি- সংসাব অসিদা সীধা সাধা ওইবা মীবু অতোপ্পনা অৱাবা পীবি-অদুগা চক্রী চাউবা মীদদি কনানমত্তনা ঙাংলুবা ফাওবা ঙমদে। অসিনি। মতৌ অসুম্না অবোৎপা (লোৎলগা ঙাংবা) ৱাঙাংনা অফোংবা ৱাবু খঙননবা ঙাংবা ৱাঙাংদি অপ্রস্তুত প্রশংসা অলঙ্কাবনি।

(খ) "মালেম পুম্বা কংব্রবসু, কাংঙাদি থক্তে গুহাগী ঈশিং।" মফম অসিদা হায়নিঙলিবসি জ্ঞনীশিংদি কৈদৌঙৈদসু মতিক চদবা থবক তৌদো' অসিনি। অদুবু ৱাফম অসি অশেংবা ৱাহৈনা হায়দনা কাংঙাদা ভাব অসি থঙথদুনা লোৎলগা হায়বনি।

## বিৰোধাভাস অলঙ্কাৰ

যানদবা, ওন্নতৈনবা পোৎশক অনি তিন্নবা, পুন্নকপা উৎলকপা নত্রগা জাতি, পোৎ, গুণ অমসুং ক্রিয়ানা অমগা অমগা যানদবা থবক ওইববদা বিৰোধালঙ্কাৰ ওই। খুদম ঃ-

১। "হে শিবাজী! নংগী ভৌববা (লূববা) মিংচৎনা যেক্লবগী মায়থোং মুশিলহল্লে।"

মফম অসিদা 'ভৌবা' অমদি 'মুবা' গুণ অনিসি অমগা অমগা যানদে। ভৌববা মিংচৎনা মুশিলহল্লে, মকহল্লে' হায়বসি পর্কাশন্নবা য়াদবগুম তৌই। অদুবু থম্বদা হেন্না ফজহল্লি। তশেংনা বিৰোধি ওইবদি নত্তে। মবম অসিনা বিৰোধাভাস নি।

"নোল্লুকপা মীদি মতম পুম্নমক্তা ৱাংখৎলি।"

নোল্লুকপা হায়বদি কোক নোম্ববনি। 'নোম্ববা মীদি ৱাংই' হায়বসি ওন্ন তৈনবগুম খল্লি, অদুবু নোল্লুকপা হায়বদি লমচৎ ব্যবহাৰ লৈবদুনি। মবম অসিনা নোল্লুকপা অমদি ৱাংখৎপদা যানদবা চুমদবা ওইদে, যেংবদা বিৰোধ ওইবগুম উজববসু নিৰোধ ওইদে। বিৰোধাভাসনি। তশেংনা বিৰোধ ওইবন্নবদি অসুম্না ফজবন্নোয়। দোষ চেনবা উক্তি ওইবমগনি।

বিৰোধভাস অসি জাতিগা জাতিগা, জাতিগী গুণ নত্রগা থবক্তা, কবিগুম্বদা থবক, গুণ অমদি জাতি মশেলদা মনুংদা যানদবগুম তৌবনি। খুদম খবা -

২) "হে শিবাজী! নংসে সূর্যবংশতা পোক্লগসু কুলচন্দ্র হায়নৈ।" মফম অসিদা 'সূর্য' অমদি 'চন্দ্র' পোৎশক অনিসি মান্নদবা, যানদবা বিৰোধ ওইনবগুম তৌই। অদুবু তশেংনা বিৰোধ ওইনবদি নত্তে। তশেংনা হায়বিবদি সূর্যবংশ (নুমিৎকী শাগৈদ) তা পোক্লবসু কুল্লচন্দ্র শাগৈগী থাজ (অথোইবা) ওইবে, হায়বনি। অসুম্না মুন্না খন্থবগদি বিৰোধ মাল্লবসু নত্তে, বিৰোধাভাসনি।

৩) "নংগী অসিগুম্বা অযাকপা ব্রাঙাংসে ঐঙোন্দদি কা হেন্না থুম্মী।"

মফম অসিদা 'অয়াকপা' অমদি 'অথুম্বা' গুণ অনিসি বিবোধ ওইনবগুম উৎলি । অদুবু ব্রাঙাং বু তশেংনা য়াকপা নত্তে কনবনি অদুগা থুম্বা হায়বদি পাম্মী হায়বনি । মবম অসিনা - নংগী অকনবা ব্রাফমদু ঐদি পাম্মী হাযবনি। অসুম্না গুনগা গুনগা য়ানদবা মানবা বিবোধভাস অলঙ্কাব নি ।

৪) "নুংশিকবা পূক্রিঙ্গী খোঙথাংসে খঙবা ঙমদে কনাসু,
অসুম অসুম লুপ্পগা শ্যাম মচুদা হেন্না হেন্না লংলক্লে ।"

মফম অসিদসু 'শ্যাম মচু' হায়বদি 'অমুবা মচু' নি । অদুগা "লংলক্লে" গী অর্থদি "ঙৌবক্লে" হাযবগা মান্নৈ । অমুবা মচুদা লুপ্পগা হেন্না হেন্না লংলক্লে, ঙৌবক্লে ।" হাযবা ব্রাঙাংসিদা গুণ অনিসি বিবোধ (যানদবা) ওইবগুম তৌই অদুগু মুন্না খল্লগা যেংলবদি শ্যাম (কৃষ্ণ) গী প্রেমদা অসুম অসুম লুপলগা প্রেমগী বস হেনা হেনগৎলে, হাযবনি । অদুনা বিবোধ ওইবা মানজববসু নত্তে, বিবোধাভাস অলঙ্কাব নি ।

## বিষম অলঙ্কার

বিবোধাভাস অলঙ্কাবদা অমগা অমগা য়ানদবা নত্তগা গুণ খেন্নবা অনিগী মবী থম্বনি, শেম্বনি অদুবু বিষম অলঙ্কাবদদি পোৎশক অনিদু নকশিন্নবা ১দি পকশিন্নবদা মতিক চাদবা ওইনা থোকপনি ।

খুদম ঃ-

১) "কযাদ থোৎপ্রবা বামগী খুৎনো, কযাদা কনপ্রবা শিবগী তেন ।"
(থোৎপা অমদি কনবা যানদবা গুণ অনিগী)

২) "ফজববা লৈবাংদা, অকিবা অমুবা লীন্না কবিগী যেৎলি ।"
(গুণগা গুণগা পক্লদবা, লৈমিন্নবদা মতিক চাদবা)

৩) "পায়বিবা থাংনা পিক্লিবা, যানগদবা উনা চাউবিবা ।"
(পোৎকা পোৎকা চানদবা)

জহ্ন ন হৈং অনুকম্পা দ্বৈ, তিনকী ঘটনা হোয় । (ললিত ললাম)

## অসঙ্গতি

মবমনা মফম অমদা লৈবা অদুগা থবক্না অতোপ্পা মফম অমদা থন্নবা, অসুম্না মবম অমদি থবক (কাবন ঔব কার্য) অনিদু পুনশিন্নবদা চুনদবগুম ফাওববা, অদুগা চুন-চানদবমক্তি নত্তবা, মবম অমদি থবক (কাবন ঔব কার্য) অনিগী হৌনশা মবীদগী ওন্ন-তৈননা বর্নন তৌববা, মদুনা ফজবসু চেনগৎহল্লবা, অসঙ্গতি অলঙ্কাব নি। খুদম ঃ-

১) "মথুবাগী কৈশুম শঙদা পোকখি কৃষ্ণ,
অদুবু হবাও নুংঙায়খি নন্দগী কোনুংদা।"

মফম অসিদা হাযবি-কৃষ্ণ পোকপগী নুংঙায়বসি পোকফম ওইবিবা মথুবাদা ওইখিদে, নন্দনা লৈফম গোকুলদা ওইখি।" মবম অমদি থবক য়াম্না থাপ্পবা অসিনা বাঙ্ব অসি অসঙ্গতি অলঙ্কাব ওই।

২) সীতা হুবাল্লি বাবন্না, মবাল লৈজদবা সমুদ্রবু পুনখি।"

৩) ব্রাম্মন না চৎখি বলিগী মফমদা মাগী লৈজবা পুম্না মাঙহল্লুগে
হায়না অদুবু ওন্ন তৈননা থা মবী লৈখি থোঙঙাকপা ওইনা।"
(মবম অমদি থবক খেন্নবা)

৪) "মোহ (অপাম মিতৌ) মাঙহন্নবগীদমক মশামক পোকখি কৃষ্ণনা
অদুমক মশাগী খুদুম মখাদা থমখি ব্রজ নুপীশিংবু, মশামক্না মোহনরূপ
ওইবদুনা।" (মবম অমদি থবক ওন্নবা)

## "বিভাবনা"

১। মবম লৈতনা অমদি মবম য়াওদনা থবক ওইববদি বিভাবনা ওই।

২। কবিগুম্বা মপৃং ফাদবা মবমনা থবক ওইবা।

৩। কবিগুম্বদা অপনবা ওইনা ওইনা থবক পাঙথোকপা।

৪। কবিগুম্বদা ওন্ন-তৈনবা মবমনা থবক পাঙথোকপা

৫। কবিগুম্বদা থবক্তগী মবম পোক্লকপা অসিনচিংবা ফিভমশিংদি
বিভাবনা নি।

খুদম ঃ-

ক) "খোঙ য়াওদনা চৎলি, নাকোং যাওদনা তাই,
খুৎ য়াওদনা থবক কযা তৌই ।"
মফম অসিদা চৎপা, তাবা, থবকশুবা অসিনচিংবা থবকশিঙ্গী মবম ওইবিবা খোঙ, না, খুৎ অসিনচিংবসি য়াওদনা থবক পাংথোকই হায়বি ।
(মবম য়াওদনা থবক তৌবনি)

খ) "গুরুগী য়ুমদা মহে তম্বা চৎখি বামনা, মতম শবখক্তংগী মনুংদা বিদ্যা পূম্নমক হৈখি ।"
মসিদা মতম খজিক্তং তম্নবসু মহে পূম্নমক হৈখি" হায়বসি মবম য়াওদনা নত্তুগা মপুং ফাদবা মবমনা থবক পাংথোকই হাযবনি ।

গ) "নুমিৎনা লোত্তুনা লৈববসু মাগী মঙালদি মফম পুম্নমক্তা উহল্লি।"
মসিদসু লোৎলগা উহনবা হাযবা মবম চাদবা ফোংদোক্লি ।

ঘ) "বামগী খুৎ কল্পতরুদগী মিংচৎ সমুদ্র পোকখি ।"
সমুদ্রদগী কল্পতরু পোকখিবনি লৌনবি অদুবু মফম অসিদা ওন্থোক্লগা খুৎকল্পতরুদগী সমুদ্র পোকখি হায়না বর্নন তৌবি । মসি মবমদগী থবক পাংথোকপা নত্তনা থবক্তগী মবম ওইহনবনি । কারন্দগী কার্য লাকপগী মহুত্তা কার্যদগী কারন লাকহল্লি । মসি বিভাবনা গী ফজবা অলঙ্কারনি ।

ঙ) ওন্ন-তৈনবা মবমর্দগী থবক ওইবকপসু বিভাবনা ওই । খুদম ঃ-
"মুশুক মুশুক মুবা অমঙবা নোংহৌদগী
অবাবা মৈতাল চুথবক্লে ।"

অমঙবা নোংহৌদগী নোং চুগনি, মৈতান্দি চুদে । অদুবু মফম অসিদদি নোংহৌদগী মৈতান পোকই হায়বনি । মসি ওন্ন-তৈনবা মবমদগী থবক ওইবনি । মসিনি বিভাবনাগী অলঙ্কার ।

বিরোধাভাস অমদি বিভাবনা অনিসি মওং মতৌ শব মান্নে । মখোয়গী খেন্নবিবসি বিরোধাভাস দা য়ানদবা পোৎশকশিং পুনশিনবনি মদুদা মবম অমদি থবক্কী মরী' শম্নদে অদুবু বিভাবনা দদি মবম অমসুং থবক নীয়ম ওইনা মরী লৈনৈ ।

## বিনোক্তি অলঙ্কাব

য়াওবা - যাওদবা, ওইবা - ওইদবা অসিনচিংবা অর্থ মান্নবা ৱাহৈশিংগী মতেংনা কবিগুম্বা পোৎশক অমা য়াওদ্রবদা অতোপ্পা পোৎশক অমদু ফজবা নত্রগা অথীবা ওইববা নত্রগা হাযববা মদু বিনোক্তি অলঙ্কাবনি। খুদম -

১। থৱায য়াওদ্রবা হকচাং, ঈশিং যাওদ্রবা তুবেল,
মপুবোইবা লৈত্রবী নুপী, লেমজফম লৈতে তাইবঙদা ।

২। লৌনম্বা য়াওদ্রবা নুংশিবদি অশেংবা প্রেমনি।

৩। অশিংবা পণ্ডিতশিং যাওদ্রবা সভাদি অবেম্বনি।

৪। আত্মা সম্মান যাওদ্রবা মীদু শাদগীসু হেন্না লৈখা তাই।

৫। শবত ঋতুগী মক্রুবা অতিযানা মশাগী অৰুবা মশক তাক্লি।

মথক্কী নম্বব ১ দা 'যাওদ্রবা' লৈত্রবা ৱাহৈনা লেমজফম লৈতে, ওইদে তাক্লি ২ সুবা ৱাহৈপবেংদনা অশেংবনি হাযবি । অমদি অহুমশুবা ১দি মবিশুবা উক্তিদনা 'যাওদ্রবদা' অবেম্বা কান্নদ্রবনি লৈখা তাবে হাযবি। মঙাশুবা উক্তিদা মক্রুবা ৱাহৈন অৰুবা, ওইবে খঙহল্লি অসুম্না য়াওবা নত্রগা য়াওদবা ৱাহৈশিংগী মতেংনা অতোপ্পা পোৎশক অমদু ফজবা লেমজবা নত্রগা অথীবা ফজদবা ওই হায়বি। মসি বিনোক্তি অলঙ্কাবনি ।

## ব্যাজস্তুতি

কবিগুম্বা ৱাঙাং অমবু ইচম চম্না যেংবদা নত্রগা তাবদা নিন্দা তৌবগুম (চৈবগুম) খনবা অদুগা তশেংতবদি থাগৎপা অদুগা থাগৎপগুম খল্লগা নিন্দা তৌবদি ব্যাজস্তুতি অলঙ্কাব নি। নিন্দা তৌবগা থাগৎপগী খুদম অমা : -

ক) "গঙ্গা ক্যোং টেটী চলতী হো,
দুষ্টোংকো শিব কব দেতী হো,
ক্যোং য়হ কাম কবতী হো,
নবক বিক্ত কব দিবি ভবতী হো ?"

উক্তি অসিগী অর্থদি -

হে গঙ্গা কবিগীনো নংনা থেক্কোই নাকোই তৌদুনা চৎলিবা, ওক্তবা মীশিংবু নঙোন্দা লুপ্পগা মহাদেব ওলহল্লিবা,কবিগীনো অসুক ফত্তবা থবকসি নংনা তৌবিবা, ফত্তবা মীযাম্বু নবক্তগী স্বর্গবোমদা পুবিবা ?

খ) থাগৎলগা চৈবা (নিন্দা) গী খুদম অমা -

"বাম সাধুনি, নংসু সাধুনি হৈ- শিংলবা,

বামগী মমাসু অফবীনি, ঐ খঙই লোযনা ।"

মথক্কী ৱাঙাং অসি কৈকেযীনা শাউবদুনা দশবথ নিংথৌদা হাযখিবনি। চম্না তাবদদি থাগৎপা মানজববসু অসুম্না নিন্দা তৌবিবনি - "বামসু, নংসু, বামগী মমা কৌশল্যাসু লোযনা মীনম্বা, মীফত্তা ঙাক্তনি হাযবসে ঐ মুন্না খঙলে ।" হাযবিবনি, চৈবিবনি। অসুম্না হাযবিবা ৱাঙাংগী ওন্নতৈননা অর্থ লৌবদি বিনোক্তি অলঙ্কাবনি।

## অনন্যোন্য অলঙ্কার

পোৎশক অনি অমগা অমগা মখোয মশেল মবীলৈনবা তাক্লবদি অনন্যোন্য অলঙ্কাব ওই। খুদম

"কঙ্কনসে কব শোভিত হোতা কবসে কঙ্কনকী শোভা।"

অর্থ খুজিনা খুৎপু লৈতেংলে অদুগা খুৎনসু খুখিজবু ফজহল্লে, গুণ হাপ্লে হাযদুনা অমনা অমগী মগুণ ৱাংখৎহল্লি। মবম অসিনা মসি অন্যোন্য অলঙ্কাব ওইবে। খুদম ওইনা -

১। "অহিংবু লৈতেংলি থাজনা, থাজগী লৈতেং ওইবি অহিংনা।"

২। "কবিনা সভাবু সভানা কবিগী চাংদম্লিঙাই লৈতনা ফজহল্লি। "

৩। "পুখ্রিগী গুণ কাংঙনা, কাংঙগী গুণ পুখ্রিনা হেনগৎহল্লে।

## সার অলঙ্কার

হান্না হাযখিবা পোৎশিংদু মথং মথং হেনগৎলকপা নত্রগা তাথবকপগী বর্নিদ্দ সাব অলঙ্কাব নি ।

মদুদি -

১। "মধুসে সুধা মধুর বঢকর, কবিতা মধুর সুধামে হৈ।"

অর্থ খোইহীদগী অমৃত্তনা হেন্না থুমই, কবিতানা হেন্না থুমই অমৃত্তদগী মফম অসিদা খোইহী, অমৃত্ত অমদি কবিতা মথং মথং অমদগী অমনা হেনগৎনা থুন্না ফোঙদোক্লদুনা হেনগৎলকপগী মথং -মনাওদু উৎলি।

২। "রহিমন রে নর মর চুকে জে কহূং মাঙগন জাহিং।
উনসে পহিলে রে মুয়ে জিন মুখ নিকসত নাহিং॥"

অর্থ রহিম ঐনা হায়রি অতোপ্পদগী নীবা চৎলিবা মহাক্তু শিরবনি, অনীবদা লৈতে হায়না খুপ্লিবাশিংদুনা হান্না অমুক শিরবনি।

৩। "অধম তে অধম, অধম অতি নারী,
তিন মহঁ মৈং মতি মন্দ গঁৱারী।"

অর্থ লৈখা তাবদগী তাববা, খৈখা খমথেংনা তাববী নুপীনি, পূম্নমক্তুগী মথক্তা ঐদি অপঙবী, অঙাওবীসু ওইববীনি।

## পর্যায অলঙ্কার

পোৎশক অমখক্তংনা মফম কযাদা অমগী মথংদা অমা মথং মথং হোঙলকপা নত্রগা মফম অমত্তদা পোৎশক কযামক্লা অমগী মথংদা অমা অসুম্না মথং মথং উৎলকপদি পর্যায অলঙ্কার ওই। খুদম : -

১। "নিংথৌ পূম্নমক থাদোক্তুনা বিজয রুবঙ্গজেবকী মনাক্তা চৎখি।
অমুকসু মারু থাদোক্তুনা, থুনা মহাক নিংথৌ শিবাগী নাক্তা চৎখি।"

২। "দলাল শারম্মী মফমদুদা মমাংঙৈ, হৌজিক্তি খাংপোকশিং উবে।
চিঙ্গাক মবাং কাযবম্বনি মফমদু, চবা হেনবা ঙাক্তা উবে।"

৩। "ঈংলবা মনম নুংশিববা নামিবা মলযানা হুম্লম্বনি মফমদো,
শিংলবে ঙসিদি অৱাবনি ওল্লাংথাগী শাববা নুংশিৎ,
থিল্লবগুম ফাওবে মৈগী নুংশিৎ তেন্না হকচাংদা।"

## তদগুণ অলঙ্কার

কবিগুম্বা পোৎশক অমনা মশাগী গুণ থাদোক্তুনা মহাক্কা নক্লবা অমগী গুণ লৌববদি 'তদগুণ অলঙ্কাব' কৌই। খুদম -

১। "অহি মুখ পবয়ো সু বিষ ভযো, কদলী ভয়ো কপুব।
সীপ পবযো মোতী ভয়ো, সঙ্গতিকো ফল সুব।।"

মফম অসিদা স্বাতি নক্ষত্রগী নোং না লীল, লফোই অমদি কোঙ্গ্রেঙদা তাবগা মশাগী লৈজবম্বা হৌনশা গুণ অদু থাদোক্তুনা মথংশিংনা হু, কপুব অমদি মোতী ওইখি হাযনা বর্নন তৌবি। হাযবদি লীনগী মচিনদা তাবগা হু, লফুদা তাবগা কপুব অদুগা কোঙ্গ্রেংদা তাবগা মোতী ওনখি হাযবনি।

২। "দমক বঙ্গ ভযে হাথ মজীঠী, মুকতা লেউঁ পৈ ঘুঁঘচী দীঠী।"

অর্থ খুৎকী তঙাংবী মচুনা মোতীগী মচুদু মজীঠীগী মচুগুম্বা অঙাংবা ওইখ্রে, অদুগা মদুগী মাযকৈদা যেংবদা মদুদা মিৎনহাগী মমি তাবদগী ঘুঁঘচী (গুঞ্জা) গী মতৌগুম অমুবা দাগ কী মমি তাই।

## মীলিত অলঙ্কাব

পোৎশক অনিদা হান্নগী হৌনশা নত্রগা নৌনা চঙলক্লিবা পোৎকী গুণ অমত্তগুম ওইবা, মখোয অনিদা অমগা অমগা খেন্নবা লৈতনা তিন্নখ্রবদি মীলিত অলঙ্কাব ওই। খুদম -

১। "পান - পীক অধবানমেং, সখী লখী ন জায ।
কজবাবী অঁখিয়োংসেং, কজবাবী ন লখায।।"

পান মহীদু ঙাংঙ্গানববা চিনবান্দ উদে ইতা,
কাজন তৈবা মানবা মিত্তুদা কাজল তৈবদি উদে।

২। "চম্পক হ্‌ববা অঙ্গ মিলি অধিক সোহায়।
জানি পবৈ সিয় হিযবে জব কুমভিলায়।।"

অর্থ   লৈহাও পবেং শিবদা হকচাংদা হেন্না নংথীজে,
খঙলকই (তোংঙান তাবকই) সীতাগী থবাক্তা লৈহাওদুনা
খুইথবকপদা।

মফম অসিদা হান্নদি লৈহাও মচুগা চপ মান্নববা সীতাগী হকচাংদা লৈহাও পবেং শিবদু,-লৈ পবেং শিবি হাযবা খঙলমদে, অদুবু মতম খবগী তুংদা লৈহাও অদুনা খুইথবক্লবা মতমদদি শেংনা খঙলকই হাযবি।

## অতদগুণ অলঙ্কার

পোৎশক অমনা অতোপ্পগী গুণ লৌশিলবদু তদগুণ ওই। মসিগা থোক ওন্নবদা পোৎশক অমনা অতোপ্পা মনাক নক্লবা পোৎকী গুণ লৌদ্রবা, হান্নগী হান্নগুম অতোপ্পগী মমি অমত্তা তাদনা লৈবদু অতদগুণ ওই। মদুদি

১। "চন্দন বিষ ব্যাপৈ নহীং লপতে বহত ভুজঙ্গ।"

অর্থ   চন্দন পান্বীনা হ্ শন্দোবক্তে যেৎতুনা লৈববসু লীন্না। মফম অসিদা চন্দন পান্বীদা লীন্না যেৎতুনা লৈববসু মঙোন্দা লীনগী হ্ খক চেল্লক্তে অসুম্না নক্লব্বা অতোপ্পগী প্রভাবতু চন্দন্দা খক তাদে হাযবসিনা অতদগুণ অলঙ্কাব ওইবে।

## মানবীকরন অলঙ্কাব

পূক্লিং ঈথিন নত্রগা থম্মোয ঈপোমশিং অসি মুর্ত্তি ওইনা লৈবা পোৎশক নত্তে, অদুবু মসিবু মুর্ত্তি ওইবা পোৎশকুম শেমগৎপা, অমবোমদা প্রকৃতিগী পোৎশকশিংবুসু অবা - অনা ফাওবিবা মীশক অমগুম থম্লকপা, মখোয়দা মীওইবগী পূক্লিং ঈথিল অমদি থম্মোয ঈপোমগী ওইবা ৰাহৈশিংনা বিশেষণ শব্দ ওইনা হাপ্তুনা মীওইবগুম য়েক্লকপা, শৈথাবকপা অসিনচিংবা বর্নন মখলসি মানবীকবণ অলঙ্কাবনি। অলঙ্কাব অসিদা মীওইবগা প্রকৃতিগী থবায় পানবা অমদি থবায় পান্দবা পোৎশকশিংগা অমত্তা ওইহন্দুনা মীগী শক্তম লাংহল্লকই।

খুদম -

১। "থাজনা অহিঙ্গী অমুবা শন্নাংদু,
থাবলদা চামথোকচবি।"

২। " অহিং চুপ্পা চাইথোকখিবা মবল-লিক্লাশিংদু,
নোংঙাল্লকপদা খোমজিনবা হোৎনবি নুমিৎনা।"

৩। " মশানা চাইথোক্লম্বা উনা-ৱানা, উফুল-ৱাইফুল,
হন্না অমুক শেংনা শিত্তোক্লি নুংশিৎনা।"

৪। "হে পৃক্লিং ! তপথৌ তফিং তফিংগনু।"

৫। "পাৎপান্দা লেপ্লিবা পামেলশিংনা,
মশাগী ফজবা শক্তম চেপথ চেপথ যেংজবি লাইজদা।"

মথক্কী ৱাঙাংশিং অসিদা থা, নুমিৎ অমদি নুংশিৎপু থৱায পানবা মীগুম অনিঙ অপাম যাওনা - শন্নাং চামথোপা, মবল খোযজিনবা, চাইথোকপা অমদি শিত্তোকপগী থবক তৌই হাযবি। অদুগা ৪শুবা ৱাঙাংদা মুর্তি নৈতবা পৃক্লিংবু মাঙদা নৈপ্লিবা মীশক অমদা পাউতাক পীবগুম যাথং পীবি। ৫শুবা ৱাঙাংদনা পামেলশিংসু মীওইবগুম পাৎকী লাইজ মিংশেলদা মখোযগী নিংথীবা শক্তম যেংই হাযবি। পৃম্নমকসি মানবীকবণ অলঙ্কাব শিংনি।

## গুণ অমদি বীতি

বসনা কাব্যগী থৱাযনি। বস যাওদবা কাব্যদি অৱাংবা থাক্তা থাঙ্গৎনদে। থৌনা, পৃকচেল চাউবা, ওইজবা থাদোকপা, থৌজালদ হৈবা অসিনচিংবা গুণশিংনা মীওইবগী আত্মাগী মতীঙ (গুণ) ফোঙদোকপগুম মাধুর্য, ওজ অমদি প্রসাদ গুণশিংনা কাব্যগী থৱায ওইবিবা বসকী গুণ ৱাংখৎহল্লি। মবম অসিমক্লা গুণ বু বসকী ঙাকপী শেনবিবিবা ধাবণ কর্ত্তা নি লৌনৈ। মবম অসিনা বস হাযবসিদা মাধুর্য, ওজ অমদি প্রসাদনচিংবা গুণশিংগী মনুংদা অমা নত্রগা অমা শোযদনা লোযনগনি । হাযবিবা গুণশিং

অসিদি ময়েক নত্রগা বর্ণশিংনা ফোঙদোকই। মসি হায হায়দুনা গুণশিং অসি মযেক্তা যাওবনি হাযনা খনবা চুমদে । মবমদি মীওইবগী গুণ হায়বসি হকচাংদুগী নত্তে, হিংলিবা লেঙ ওৎলিবা আত্মাদুগীনি। থব্রায য়াওদ্রব' হকচাংশিংদা থৌজাল হৈবা, থৌনানচিংবা গুণশিং লৈবা নত্তে। মতৌ অদুগুম্না কাব্যগী গুণদি বস চেনবা কাব্যশিংদা য়াওবনি লৌনৈ, নীবস ওইবা কাব্যশিংদা যাওবনি লৌনদে। মবম অসিনা গুণ যাওববা কাব্যশিংদি বস চেনবা কাব্য শোযদনা ওই। কনাগুম্বা নুপা অমগী চেকশিল্লবা ফিভম মুর্ত্তি, মহাক্কী খোঙথাংনচিংবদগী মহাক্কী থৌনা ফবগী মঙাল অমা ফংবগুম অযাকপা নত্রগা নুংশিবা ব্রাহৈশিংনা তিল্লবা ব্রাঙাংশিংদু তাবগা ওজ অমদি মাধুর্যনচিংবা গুণ চেনবদু থম্মোযদা ফাওবকই। আত্মানুংদা লৈবা থৌনা লিঙজেল গী গুণবু মপানথোঙ্গী মশা তাশিল্লবা, তীক তীক লাওবা চেকশিনবা মুর্ত্তি, মিৎযেং নাযেং, খোঙথাংনচিংবনা ফোঙদোবকপগুম কাব্যগী নুংগী ভাব বস পু ফোঙদোকপদা ওজ, মাধুর্য অমদি প্রসাদ গুণশিংনা মতেং ওই। কাব্যগী গুণ অহুমনি হায়না লৌনৈ। - ওজ, মাধুর্য অমদি প্রসাদ। ওজ গুণনা পৃক্লিংদা আশা, থৌনানচিংবগী সঞ্চাব তৌহল্লি।

১। কবিগুম্বা বচনা অমদা 'ট' মযেক্কী পবেংদা লৈবা বর্ণশিং - ট,ঠ,ড,ঢ,ণ নচিংবা মযেকশিং অসি মবাং কায়না যাওববা। অনিশুবদা - ক,চ,ত,প মযেকশিং অসিগী পবেংদা লৈবা অহানবা অনিশুবা অহুমশুবা অমদি মবিশুবা মযেকশিং (হাযবদি - ক,খ,গ,ঘ,চ,ছ,জ,ঝ,ত,থ, দ,ধ,প,ফ,ব,ভ অসিনচিংবা মযেকশিং) অসি যাওবগা তপশিন্নবা ব্রাহৈশিং মবাং কাযনা যাওবা (৩) 'ব' মযেক যাওনা শেম্বা ব্রাহৈশিং অমদি সামাসিক শব্দ (পানী - চক্র, নিংথৌ মচা, বাম - সীতা, সজ্জন, মবাইবক তাঙবা ষণ অসিগুম্বা মযেকশিং অমদি ব্রাহৈশিং অসি যাম্না যাওবা) ব্রাহৈশিংনা ওজগুণ পোকহল্লি। বীব অমদি বৌদ্র বস শিংদা মখোযসি য়াওহনবা তংঙাইফদে। বিভৎস অমদি ভযানক (তুকচ্চবা অমদি অকিবা) বসশিংদসু মখোযসিনা (গুণসিনা) থৌগৎলি।

কবিগুম্বা বচনা অদু পাবগা নত্রগা তাবগা খুদক্তা অর্থদু খঙলবা, থম্মোযদা মদুগী মমি মপুং ফানা তাববদি মদু প্রসাদ গুণ চেনবা বচনানি।

অমুনবা অঙ্গবগী রসদু মপান্দা উৎথোবকপগুম প্রসাদ গুণ নীঙথিনা যাওববা কবিতাগী ভাবার্থদু রাহৈশিংনা উৎলকই। থম্মোয়দা চুশিনবদা মতম চঙদে। মবম অসিনা কবিগুম্বা কাব্য অমদা অশি অনাগী তেংথা খোল অমদি নুংশি - মৈচাক খাঙবগী পাউদমদা প্রসাদ গুণ থানবা য়াদে। নুংশিবগী রাবু হাযবগা খুদক্তা পান্দ্রবা, অবেম্বা ওইবে। কপ্পগী তেংথা খোনগী অর্থবু উিক্সনাবী ফাক্তুনা কনা যেংনবগে?

## রীতি

কাব্যদা ওজ, মাধুর্য অমদি প্রসাদ গুণশিং চেনবা থোইদোকপা মখলগী পদবচনা খুৎশেমগী শাজৎপু রীতি কৌই। রীতি অসিবু বৃত্তিসু কৌনৈ। ওজ গুণগীদমক তংঙাইফদবা ময়েকশিংনা শেম্বা বচনা দি গৌড়ি রীতি নত্রগা পুরুষা বৃত্তি নি। মাধুর্য গুণগীদমক তংঙাইফদবা ময়েকশিংনা শেম্বা বচনাগী পদ্ধতি (শাজৎ) পু বৈদর্ভী রীতি নত্রগা উপনাগবিকা বৃত্তি কৌই। অদুগা প্রসাদ গুণ চেনবা বচনাগী পদ্ধতিপু পঞ্চালী রীতি নত্রগা কোমলা বৃত্তি হায়নৈ।

## অইবগী শক্তাক খারোল :

অইবা - য়েংখোম ধনঞ্জয় সিংহ

পোকপা - শজিবু ১৯৩৮ ইং

অপোকপা - য়েংখোম পাকচৌ সিংহ (লৈখিদ্রবা)

অপোকপী - য়েংখোম ওংবী মিংযু দেবী (লৈখিদ্রবী)

মচিন-মনাও - নুপা অহুম, নুপী মরিগী অতোপ্পনি।
হৌজিক হৌজিক নুপা অনী লৈরি।

অইবগী মচাশিং - নুপী অনী অমদি নুপা অনীনি।

লৈফম - লাইমগোল লৈকাই, কক্‌চিং
থৌবাল ডিষ্ট্রিক্ট, মনিপুর

শিনফম - শক ১৯৬২ দগী ২০০৬ ফেব্রুৱারী ফাওবা
ওবা ওইরম্মী হৌজিক হৌজিক সাহিত্য
সেবা সমিতি, কক্‌চিংগী ভাইস প্রসিডেন্ট ওইরি।

মহৈ-মশিং - ১। রাষ্ট্র ভাষা রত্ন, বার্ধা ১৯৬২ ইং।
২। অই.চ. এস. এল. সি. ১৯৬৮
৩। হিন্দী শিক্ষণ পারঙ্গত, অগরা ১৯৭৬ ইং।

## অইবগী থোক্লবা লাইরিকশিং :

১। কম্যুনিজম করিনো, করিসীদনক, কমদৌনা? - (হিন্দী অনুবাদ)

২। ব্যবহারিক ব্যাকরণ - (হিন্দী, মণিপুরী , ইংলিশ)

৩। শতু - (মণিপুরী কবিতা)

৪। রাজনীতি সুয়াক (মণিপুরী খারোং)

৫। খাখল-নাচোম (মণিপুরী নিবন্ধ)